[illegible]

# শৈহেক্কী হিদেন্দা

## (ঈশৈ শৈরেং)

অইবীঃ-

আরঃ কেঃ সনাহনবী চনু



ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর

ইরমদম মীয়ামগী অপুণবা খোঞ্জেল্লুপ

অরাং পোংশংবম

# SHEIHEKKI HIDEIDA

(A collection of 109 Eshei Sheireng)






অইবী :- আরঃ কেঃ সনাহনবী চনু

অফোঙবা :- সনাতোন রাজকুমার, লুব্রাংশংবমদা লৈবনা "ইমাখোল"গীদমক ফোঙজবা

অহানবা ফোঙবা :- জুন ১২/২০১১, (নোংমাইজিং)

ফংফম খোকপা :- অইবী

মখুম :- প্রেমানন্দা রোয়
লাইরিকয়েংবম লৈকায়

মমল :- লুপা ১২০/-

কপি মশিং :- ৫০০ (চামঙা)

ফংফম :- ১) অইবী মশাগী য়ুম, লুব্রাংশংবম মখা লৈকাই
২) ইমাখোল, অব্রাং পোৎশংবম
৩) পেট্রিওটিক রাইতর্স ফোরম, কৈশামপাৎ

নম্ফম :- **লৈমহল প্রেস,**
খুরাই লমলোং কৈথেল

# জেনরেল সেক্রেটরিগী ৱারোল

ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জেং লূপ (ইমাখোল) লমদম অশোমগী ৱাখল মান্নজবা অইবা অইবীশিং পুল্লিন্দুনা শেমজখিবা সাহিত্যগী লূপ অমনি । ইং ২০০৩ তগী মার্চ তাং ২৩ দা শেমজখিবা অই-লূপ অসিগী মপূং ওইবা পান্দমদি অইবা অইবীশিং পুথোকপনি, মখোয়বু ইহনবনি । মরনাই ওইদুনা লোংশিন্দুনা লৈরিবা ৱাখল লৌশিং পুথোক্কুনা মীয়ামগী লন ওইহনবনি । পান্দম অসিগী মখাদা ইমাখোল পব্লিকেসন্সনা শৈরেংগী লাইরিক ১৫, ৱারীমচাগী ৬, ফুঙ্গা ৱারী ১, প্লে ২, পাউরৌ পাউতাক ২, গাইড বুক ১, পুন্না লাইরিক ২৭ পুথোকচখ্রে । হন্দক পুথোকচরিবা, আর. কে. সনাহনবী চনুনা ইবা "শৈহেক্কী হিদেন্দা" হায়না মিংথোনবা ঈশৈ শৈরেংগী লাইরিক অসিনা ইমাখোল পব্লিকেসন্সগী ২৮ শুবা লাইরিক্নি ।

অইবী অসি ইং ২০১০ গী জানুৱারী ১৭তা ফীজোল হোংলসি ইমা হায়না মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিক অমগা লোয়নননা সাহিত্যগী ফম্বাক্তা শকতাকখ্রবা অইবীনি । শৈহেক্কী হিদেন্দা হায়রিবা লাইরিক অসিনা অইবী মশাগী অনীশুবা লাইরিক্নী । আর. কে. সনাহনবী চনু মীতৈ ইরোল, ইয়েকপু য়োকখৎচনীংবা লোয়নননা ঈশৈ নোংমাইসু পামজবা মীওই অমনি । ইং ২০০৯ গী সেপতেম্বরদা ঈশৈগী ওডিও সিডি কেসেট অমা মায় পাক্লা পুথোকখ্রে । অইবীগী হোৎনজরীবা খূদিংমক মায় পাকপা ওইসনু ।

অরোইবদা, ইমাখোলনা পুথোকচরিবা আর. কে. সনাহনবীনা ইবা "শৈহেক্কী হিদেন্দা" হায়না মিংথোনবা ঈশৈ- শৈরেংগী লাইরিক অসি সাহিত্যবু নুংশিবীবা অমদি ঈশৈবু পামজবা খ্বাই পূম্নমক্কী মফমদা শিন্নজরে ।

তাং ৯-০৫-২০১১

তোনজম সরোজিনী চনু
*সেক্রেটরি, ইমাখোল*

# ৱাহৈ খরদং

ইচা নিংথেমমচা ময়ুম সনাহনবীগী ডি টি পি লোইদুনা ফোঙগদবগী থৌরাং তৌরিবা ঈশৈ-শৈরেংগী লাইরিক 'শৈহেক্কী হিদেন্দা' হায়বসি ঐ পাজরে । লাইরিক অসি পাবদা য়াম্না নুংঙাইজে. ঈশৈ ময়েক্কী লৈফম থোকপা গুন:- ৱাহৈগী লৈচন; ছন্দ (তান্থা) গী ফজবা, অনুপ্রাস (পরেংগী অরোইবা মান্নবা) মাত্রাগী কাঙলোন, অনৌবা হীরম, ময়ামসি ফনা নীংথিজনা য়াওরে শৈরেংশিং অসিদা ।

সনাহনবীগী লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ঈশৈসি ঙম্মমক্লা মশীং চাম্মমাপলনি; তোঙান তোঙানবা হীরম (থিম) দা ইবনি । মৈতৈ অশৈবগী য়াকায়রোলগী শৈরোলগুম্বা খরনা শৈহৌরি । মথংদা ঈশ্বরবু খুরুমজবা, লোয়ননা পুন্সি শৈথারোল, ইরৈবাক ইরমদম শৈথাবা, অঙাংগী ঈশৈ, ঈনাৎ ইচু শৈথাবা, কায়নবা, উমং য়োকখৎপা, মহৌশাবু শৈথাবা, নুংশি নুংওন কয়া অসিনি ।

ইবেম্মগী ঈশৈ-শৈরেং অসিদা ঐনা য়াম্না থাগৎচনীংবদি শৈরেংনি হায়রগা শৈরেং ওইনা পাবা য়াহনবা অসিনি । তান্থা চানা লেংই, মাত্রাগী কাঙলোন কায়হন্দে; খুৎ থেক্কুনা অকক্লবা মাত্রা (মিহুন) কায়দনা য়াম্না হোৎনরগা শৈরেং লেংবগী মমি তাই । খুদম ওইনা মাত্রা ৮/৮ দা শাবা পরেংশিং 'লোইবী নাপোম অৱাংবদা/কোক্তা শম্বু পুরদুনা/চীংগী পামলৌ তন্লিবীসে/ঐখোয় পোকপী ইমানিনে।' মাত্রা ৯/৯ গীদা 'ইচেগী ইবেম্মা নুংশিবী/লৈহৌরো ইচেদি চৎলগে/পুন্সিগী অনৌবা খোঙচৎতা/শকখঙদ মদাইকা য়ৌখ্রগে।' মাত্রা ৭ না শাবা পরেংশিং 'পাম্মূইদকো পাম্মূইদা/হৌখ্র' পুন্সি তাংকক্তো/খোয়রাংইদা খোয়রাংই/নীংশিংলগা নৌহৌনা ।' মাত্রা ১০/১১ না শাবা পরেংশিং- 'পুন্সি তোরৈ অমদা থেংনরুবী/মঙাও থীবী নুজা নঙগী নতৌদা/নুংশি ঈথক হৌরেনে থম্মোয়সিদা/লাক্ল-ফান ঙমদরে পুমঙাও ঙাওরে।' অসুম্না য়াম্না চেকশিন্না মাত্রা মশীং থীদুনা ই, অদুনা পাবা নুংঙাইহল্লি । শৈরেং পাবদা জীরি জীরি চৎকদবদু চৎহল্লি; কবিতা পাবগী মহাও ফংহল্লি। করিগুম্বা মতমদা মাত্রা অমগী হেন্দোক হেনজিন য়াওরবসু মদুনা পারকপদা থোইনা তান্থা কায়হন্দে । মসিনি ঈশৈ ইবগী খ্বাইদগী মরুওইরিবসি । মরমদি ঈশৈ শকপদা তাল য়াওই; অদুনা ঈশৈ ময়েক্তা তাল অদু য়াওদ্রবদি সুর পাল্লকপদা য়াম্না খুদোং চাদে; সুরগী চিংথোক-চিংশিন্দা চোয়-চাং মান্নদবা, নম্ফুদা হায়জিনবা মানবা তত্তনা থেংনৈ ।

সনাহনবীগী ঈশৈ-শৈরেংগী ফজবা মশক অমনা অনুপ্রাস (এল্লিটরেসন) পরেংগী লোইবা মান্নবা অসিনি । খুদম ওইনা 'তাইবঙ মপোক কৌবসে/ঐদি য়াম্না নুংশিজে/থবায় চেক্লা মহাকসে/ঐদি য়াম্না পাম্মুজে ।' (লমায় ৬) মসিদা পরেং ১ গা অহুমগা, ২গা মরিগা মান্নহল্লি । লাইজ-চোন্না খিন্দুনা/শীঙেল লৈরাং কৎচরি/মৈরা মেংক্রুক থৌগন্না/কোলোয় মিংলেন শোঞ্জরি ।' (লামায় ৯, অনীশুবা অন্তরা) মসিসু মমাঙগী অসিগা মান্নে । 'কংলা, কৌব্রু থাংজিংদা/পোইরৈ লাইফম খুদিংদা/চীংউ খোয়ুম য়াকায়রে/লাইজ ঈরিক চাইরক্লে/ মৈশেং মৈরা থাল্লক্লে ।' (লামায় ১২, ২শুবা অন্তরা) মসিদা পরেং খুদিংদা অরোইবা মান্নবা ফজনা উৎলি । 'য়েকলীবনি পুন্সিগী শক্তমসু/ওইরিবনি মায়থোঙগী লৈতেংসু/খাঙ্‌ঙমদ্রবা থম্মোয়গী বারোলনি/খঙবীদ্রবা পুক্নীংগী বাকৎনি ।' (লামায় ৮৩-২শুবা অন্তরা) থংনবা পরেং ২/২ গী অরোইবা তাবা মান্নবনি ।' অসুম্না শৈরেংদা অনুপ্রাসকী ফজবা মশক লাইরিক অসিদা খরা অদুম থেংনৈ । লোইনমক্কী ওইনদি হায়বা য়াদে ।

সনাহনবীদি অরিবা ইনাৎ পামজবা, লমদম অসিগী কলচরগী মশক উৎচনীংবী শৈরেংবীনি । অরিবগী ফজ ফজবা বাহৈ বাতা শীজিন্নে, খুদম ওইনা- মৈরা মেংক্রুক, 'নতিক-নয়াইতা' 'মৈশেং-মৈরা' 'য়েলহৌঙৈগী লীক্রমশিং' 'নিঙোল মচাশ্যা' 'পিবা মচাশা' 'শকখঙদ মদাইকা' পারী চাউদ নাউয়োক্লে, ইমোম শাংদ নাউকোল্লে' কুমজাই লাংলেন চরৈহল' 'অপাম্বোইবী' 'চৈশু পালোয়নরিবী' 'ফৌবাল হৌদ্রবা লবুকসে' কয়া অমনি শমজিঞ্জরবনি । অরিবা মৈতৈগী ইনাৎ-ইচুবু য়োকখৎপা অমদি মাঙহন্দনা থম্বা হায়বসি শৈরেংবী অসিগী পামজবনি । খুদম ওইনা খরদং পঞ্জরবদা লাইরিক অসিগী ২৮ শুবা শৈরেং 'বাহং অমা হংলিয়ে' হায়বসিগী অনীশুবা অন্তরাদা হায়রি 'শংব্রে চরোং হাউনাগী/চেংহী মনম চূরবী/শন্নাং নীংদু য়েরম্বী/পোইরৈ নুজা লৈরম্মী শন্নাং কোইকক্লরম্মী/হায়নৈ মীনা চুম্বরা' । অমুকসু 'তওং তমং খুত্তা পায়/শিন্নাই তরেঙ মাঙদা থা/শিনশূ ঈশৈ শক্লম্বী/পোইরৈ চনু লৈরম্মী/ফৌশু ঈশৈ শক্লম্মী/হায়নৈ মীনা চুম্বরা ।' অমনা লমদম অসিদা লশিং য়াম্না থারমদুনা লৈবাক্কী শেল-থুমগী ফিভম ফগৎহল্লম্বা লোয়ননা লশিং থাবগী কলচর অমুক হিংগৎহন্নীংবগী অপাম্বা ফোংদোক্নুনা শৈরেংবীনা হায়রি মাগী ২৯ শুবা শৈরেং 'পোইরৈ শীন্না শাৎলম্বী' হায়বসিদা -'পোইরৈ শীন্না শাৎলম্বী/শীম্নৌ লশিং লৈরাংলৈ/লৈশেম লৈরাং নুংঙনবী/লৈরাং নঙবু কৈদনো !' (অহানবা

অন্তরা) মথংদা খুন্নাই অসিদা লশিংনা লৌরম্বা থৌদাং শীংথাদুনা হায়রি - 'পারী চাউদ নাউয়োক্লে/ইমোম শাংদ নাউকোল্লে/পলেম শক্তম লৌরখো/পোইরে য়ুমথোং খূদিংদা/শীঙেল লৈশক তাক্লখো ।' অরোইবা, ২শুবা অন্তরাদা কবিনা পুক্লিংগী অপাম্বা ফোংদোক্লুনা হায়রি - 'নঙগী লৈশাং লেপখিনু/লৈশেম ঈশৈ কাউখিনু/ লৈরাং লৈশাং লেপখ্র'দি/পোইরে সনা লৈবাক্কী/লনগৈ ময়েং তাখিনি ।' লশিং লৈবু শৈথাবা ফজবা শৈরোললনি ।

'ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা' ইনৌ নৌবা হীরমগী শৈরোল অমনি । শৈরোল অসিদা মচেনা মৌপ্পাবু ব্রারক-ব্রাতেম্বদা অসুম্না হায়- 'পলেমগী ঈরিক্লা খোল্লাংনা/শেমখিবা চাউখিবা হকচাঙদো/নুংশিবা ঙম্মুকো নুংশিথোইবা/ফত্তবা চীঞাক্তি হূনিনে/নত্তবা লীচত্তি য়েক্লবনি ।' থায়নগী শিন্নাইফম কাবা অমদি শিম্হা ঈশৈ শকপা, চাকঙাই ব্রারী লীরম্বা লোয়ননা অরিবা মীরোন্না চৎনরম্বা পুন্সি লীক্লম্বু অহল-ওইরবী ইবোকশিংনা ঙসিগী নহাশিংদা তম্বিদুনা পাগী পারেপ, পুগী পুরেপ য়ৌহনবিয়ু হায়বসিদা শৈরেংবীনা থায়নগী চৎনরোলবু কয়ামুক নুংশিজবগে হায়বদু উৎলি । হায়রি- 'অকাও পরৈ চনখ্রবা/অদুঙৈগী নুংওনবা/শিম্হা ঈশৈ তম্বিরো/চাকঙাই ব্রারী লীবিরো/তানিংলেনে ইবোক ও!' অমুকসু শৈরেংবীনা শৈথারি- 'পারেপ-পুরেপ য়ৌনবা/মাঙলমচৎকী লীক্লমশিং/খঙহনবীরো ঐখোয়দা/তুংলমচৎকী লীখুনসু/তাকপিরোনে ইবোক ও।' অরিববু পামজবা, মদুবু মীয়ামদা খঙহন্নীংবগী ব্রাখন্দা ইবা অনৌবা হীরমগী ঈশৈ অমনা - 'ব্রারী অমা লীরগে' হায়বা অসিনি- মসিদা য়াওরিবা ব্রারোল অসি মরুওইনা অঙাংশিংদা তাকপি তস্বীবগী মওংদা ইবনি, হায়রি- 'ঙসিগীদি মীওইবা/তাইবঙ য়ুমদা লৈরমদে/মালেম কোয়না চৎলম্মী/চরৈ ফিসু শেৎলমদে/খাম্বী মৈসু খঙলমদে/অদুঙৈগী ব্রারীনি ।' মদুদগী মতৌ করমতৌনা চাওখৎলকখি হায়বগী মতাংদা অসুম্না পল্লি (অরোইবা অন্তরাদা)- 'চরৈ শাবা হৈরক্লে/চরৈ শেত্ত মতৌসে/খাম্বী মৈসু পুথোক্লে / হিংনা চাবা মওংসে/চাওখৎলেবু হায়গদ্রা/খঙ্খৌ নঙবু মীওইবা'।

লাইরিক অসিদা শীংথানিংঙাই ওইবা নুংশি-নুংওনগী ঈশৈ শৈরেং কয়ামুকসু য়াওরি, খুদম ওইনা নীংবা কায়বগী মতাংদা অসুম্না ফোঙদোক্লি- (লামায় ৬৮, অরোইবা অন্তরা) 'লোইবী য়েংলুই তেংথারম্মী/তময়া হানৌ জগোয় শাথেক/মৈরী মৈশা ঙম্না ওল্লে/লকানুংদি লাম্মে চাক্লে'! খায়ন মৈচাক্কী অয়ৌবী খুংফোঙদোক্লি । অতোপ্পা অমনা-'নুংশিবা মশক খঙজরুবা/চোংনবা নত্তে ঐগী

মোলাং/ফংনবা নত্তে কায়না মৈচাক/হিংলিবা ঐনা নঙতগীনি।'
(লামায় ৬৬ অরোইবা অন্তরা) মথোক কারকপা পুন্সিদা পাখং লৈশা নুংশি-নুংঙনগী মরী লৈনরুবা কপ্পবা নত্তে, ৱানবা নত্তে হায়দুনা কায়না মৈচাক ফংলবী কনাগুম্বী অমগী নিংঙমদবা ৱাহৈনা তেংথাজবগী শৈরোলনি । অঙাংগী মতম ওইরিঙৈগী নুংঙাইবা পুন্সিদুবু নীংশিংদুনা ইরি- 'অঙাং নাৱা ওইরিঙৈ/পলেম পম্থৌ মকাদা/নাওথী শানা লেনখিবা/হল্লক্করোই মতমদো ।'

হায়নীংবা পন্নিংবা ঈশৈ-শৈরোল কয়ামুক্তি, লোইনা পল্লুরগা শাংমনখিগদ্রা খনবদগী পঞ্জদ্রে । পুন্নমক শুপচিল্লগা হায়জনীংবদি-আর কে সনাহনবীগী 'শৈহেক্কী হিন্দেন্দা" কৌবা ঈশৈ শৈরেংগী লাইরিক অসিদা ঈশৈ ময়েক্কী তঙাইফদবা মগুন (মচাক), খুদম ওইনা রাইম, রিদম্, মখল মখাগী হীরম, ফজবা ৱাহৈ-ৱাতা, অরিবা ৱাহৈগী ফজবা ফনা থেংনরে । লাইরিক অসিনা তাইবঙ মঙাল উদুনা লৈবাক মাঙদা থোক্লকপদা মীয়াম্না তরাম তরাম ওকপিগনি থাজজে । ইচা সনাহনবীনসু অতৈ লাইরিক কয়া অমসু পুথোকপিরক্তুনা মনিপুরগী সাহিত্যগী পুকয়দা শীংথাবা য়াবা খুদোল কয়ামুক তম্বিরকখিগনি খঞ্জে ।

ঈশ্বরগী মফমদগী ইচা সনাহনবীগী য়াইফবা নিজরি লোয়ননা ঙমজবা শিন্থা পাঙনবা হোৎনবদা অনা-অয়েক, য়ৈখায়-থিঙ্গাইবা য়াওদবা ওইরসনু হায়না মঙ্গল আশিবর্বাদ পীজরি ।

ইম্ফাল,
৪-০৫-২০১১ ইং

বি, জয়ন্তকুমার শর্ম্মা
*ব্রহ্মপুর নহাবম, ইম্ফাল*

## - ৱাফম খরদং-

শৈরেং ইবা-পাব হায়বসি মদুদা ঙাওজবা মীওইশিংগী থবক্তি হায়না খন্নে, মদুমক্তি ঐ ওইখিদে। মরুপ মপাংশিংনা ঐবু হিরমসিদা চিংশিন্নবা তত্তনা হোৎনৈ, লাইরিক ফোঙবনচিংবা থৌরম কয়াদা শরুক য়ারুই। মদুমক্তা ঐহাক খণ্ড হৈরবা মীশক ওইরব্রা হায়বদুদি ওইখিদে। তশেংনা শৈরেং পাবসি কয়া হৈনজদবা মীশক্তি। অদুবু নোংমা ইথা থাজদনা আর. কে. সনাহনবীনা -ওজা ঐগী ঈশৈ শৈরেং (শৈরোল) লাইরিক অমা ফোংজগে থৌরাংজরি, মসি অমুক্তা পাবীয়ু অদুগা ৱারোল অমত্তং ইবিয়ু হায়রকপদগী পারুই।

শৈরোল ১০৯ গী লৈচল ওইনা "শৈহেক্কী হিদেন্দা" হায়না মিংথোনবা লাইরিকসিদা য়াওরিবা শৈরোল অয়াম্বা পারে। কাখল ৪/৫ থোক্লা য়াওরিবা শৈরোলশিংসিদা লাইশোন, লৈবাকনিংবা, মতম ঈশৈ, অনিপুন্না শকমিন্নবা য়াবা ঈশৈ, ময়াম পুন্না শকপা য়াবা ঈশৈ ময়েক লোইনা য়াওরে।

অইবীগী শৈরোলশিংসি পারুরগা মশামকসি মরৈবাক মরমদম নুংশিজবা, পুম্নমক্তগী হেল্লি হায়না খঞ্জবা মীতারা হায়না লৌবসু লাল্লোইদ্রা খনজে। অইবীনা হায়নিংবা ৱারম, পিনিংলিবা পাউজেল কয়া য়াম্না ময়েকশেংনা ফোংদোকই, ৱাহৈগী ফজবা, লৈতেং অদুমক ৱাংতে হায়নিংই।

থাবল উরে নুংওনবা করিগুম্বদনা থাবল উরে মশাওবা অদুগুম্বা অইবীনি, থাবল উরুরগা কায়নখ্রবা কনাবু নীংশিংবা, কায়না মৈশা লাংলবী কনাগুম্বী মতারোইশিংগী অবাবদা শরুক য়াজনিংবা মীতানি হায়নিংই। য়েন্নিংথা লাকপদা লৈশা-পাখণ্ড কয়া পূক্লিং ইরাং হৌই, অদুবু মঙোন্দদি পুম্নমক তাইওন্নরে তত্তনা হায়নীংবা মাল্লি। মহাক্কী শৈরোলশিংদা নুংশি মৈশা লাংহৌরবী কনাগী চৈনাবু নৈনবা পাম্বা অইবীনি।

ঈশৈ শৈরেং লাইরিক অসিগী অহৌবা তাক্কক্তা য়াওরিবা শৈরোল ১-১০ ফাওবা লাইশোন অদুগা মথংদা লৈবাকনিংবা ঈশৈগী

শৈরোলশিং অয়াম্বা মহৌশা খুৎশেম্মু নুংশিজবা, তাইবঙ অসি শেম্বীবা মপুগী খুৎশেম্মি হায়না থাজবা, লাইশোনগী মওংসু-লাইনিং পরৈগা অদুক হকচিন্না মরি ইরৈ লৈনদবা ওইনা তৌই । পূম্নমক ইচন চন্নবা মওংদা ফোংদোকপসিনা কোসমোপোলিতান ওইবা অইবীনি হায়নিংই । করিগুম্বদনা পিনিংলিবা নত্রগা ফোংদোক্লীংবা ৱাহৈশীংগী ময়াই য়াম্না কল্লি-ফজসু ফজৈ ॥ করিগুম্বা ৱাফম অমা, য়াম্না রোমান্তিক ওইবা লৈশা পাখঙগী ৱাফম্মু মহুৎশিনবা য়াবা ৱাহৈ (এলেগোরী) কয়া থিদুনা মফম চানা শিজিন্নৈ ।

ফোংদোক্লীংবা ৱাহৈ অপান্ননা হায়বা, তাবদা নুংঙাইতবা অকনবা ৱাহৈ-ৱাতা কয়া শিজিন্নবা উদে, লোনগী ফজবা অদুমক য়াওই । অদুবু করিগুম্বা মতাংদি ফোংদোক্লিংবা ৱাহৈ চেৎনা লোৎতুনা থমখিবনা লৌশিনবদা ৱাব করি হায়নিংলিবনো হায়না অপাবনা খঙবদা, ৱাগদবা মানবা মতাংসু য়াওই ।

অমবু ওইরে অমবু ওইরে পূম্না য়েংবদা আর. কে. সনাহনবীনা ইবা শৈরোলশিং অসি ফজৈ, মথেল অমনি । মনিপুরী সাহিত্যদা মফম অমা শোয়দনা কনবা ঙমগনি খল্লি, মদুমক ওইসনু ।

**এম বীরমনি**
*প্রোগ্রাম ইকজিক্যুটিব, এ: আই: আর*
*ইম্ফাল*

৩/৫/২০১১

# অইবীগী ৱারোল

পুন্সিগী অওনবা শরুক্তা ইশানা ইজখিবা ঈশৈ ময়েক কয়া ইতোমতা মাঙহঞ্জখ্রবা তুংদা পায়ররোই খন্না পায়রুদ্রবা কলমসে পায়খত্তুনা অমুক ইজরুরে ঈশৈ ময়েক খরা, অঙাওবীগুম ফোঙদোকচরুরে হাথু হাথু ওডিও কেসেট অমসু । কিজরত্তুনা চঙজরুই ইকায় খুম্নজরবা পাবুং বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মাগী মফমদা, ঈশৈ ময়েক্কী মরমদা হংজরুই । তাকপিরকই পাবুংনদি য়াম্না মরীক চুম্না ঈশৈ ময়েক্কী মতাংদা । স্থায়িদা ইরিবদু অন্তরাশিংদা এনলাইসিস তৌগদবনি, স্থায়িগা অন্তরাগা মতম পূম্নমক্তা শম্নগদবনি। য়ারিবমখৈ মাত্র চানহন্নবা হোৎনগদবনি । থোৎ মেঙবা, ফজবা ৱাহৈগী লৈতেং শীজিন্নগদবনি । ঈশৈ ময়েক্তা, সুর, তাস্থা লোয়নগদবনি, ময়েক্তু পাবদা তাস্থা য়াওনা পাবা য়াগদবনি । তাকপিরকপদি ওস্থোক্রা য়ামখ্রবনি । উতোং অহোবদা ঈশিং হৈথবদৌনা ঐনা ইজরিবা ঈশৈ ময়েকশিংসে পাবুংদা ইরাল লংশিল্লগদরা পাখৎচৈ । লাইরিকসিদা য়াওরিবা ২০০৯ জুন থাদগী ২০১০ গী জানুৱারী থা ফাওবদা ইখিবা, ঈশৈ ময়েক খবদি পাবুংগা ফম্মিন্নদুনা শেমদোক শেমজিন তৌমিন্নখি । অতৈদি তৌখিদ্রে, ঐনা লাং ফাং তৌরিঙৈ চৎপা ঙমহৌদ্রে । নমদ্রিঙৈদা পাবুংগা য়েংমিন্ননিংখি অদুবু ফোঙদোক্লিংবনা হানখিদুনা প্রেসতা তথিন থিন্দোক্লরে । নীংঙকপগা হেক্তা থিংবা ঙমদবা, অঙাও অফৈগী মিহুনসিদি ইশাদা পোকপদগী লোয়নরক্লবনি । ডি. টি. পি লোয়রবা মতুংদা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ খরদং ইবিরক্লবা পাবুংদা খুৎশিন্নজরুই । অশোয়বদু তাকপীরক্লবদি লাইবক ফরবনি খঞ্জদুনা ।

লাইরিক অসিবু ফোঙবগী অয়াবা পীবীরিবা ইমাখোল অমদি ফোঙবগী থৌদাং লৌবীরিবা আর. কে. সনাতোনবু থাগৎচরি । লাইরিক নম্বগী থৌদাং য়ৌবীরিবা লৈমহল প্রেসকী প্রোপ্রাইটর ওজা কান্ত ১সুং প্রেসকী ইচিন ইনাওশিং, মখুম য়েকপীরকপা ওজা প্রেমানন্দ রোয়বুসু হন্না হন্না থাগৎচরি । পূম্নমক্কী মফমদা পুন্সিগী শিংঙল্লরোইদবা লমন তোনশিনজরে । হায়জনিংবদি ঐগী অনীশুবা খূদোল ওইনা মীয়ামদা শিন্নজরিবা লাইরিক "শৈহেক্কী হিদেন্দা" হায়বসি পাবীয়ু, পাবিনবা ইজবনি, অরান-অহুই তাকাপিরকপদা তরাম্না ওকচগনি । থরায় হাপ্পিদুনা ঈশৈ ওইহনবীয়ু, শকপিয়ু, শকপীনবা ইজবনি । খঙলে হৈরে হায়দুনা পূথোকচবা লাইরিক নংচদে, পামজবগী ঙাওজবনি । অয়োন-অরান ঙাকপিগনি ।

আর. কে. সনাহনবী চনু

## - য়াওরিবশিং -

---

## অঙানবা কোরৌ শক্তম্মা

অঙানবা কোরৌ শক্তম্মা
মালেমসে পূমঙান ঙানবগুম
চীংউবা খোয়ুম থৌজালনা
ঙালহল্লে থম্মোয় লৈকোলসে ॥

তাইবঙগী কল্ল' লৌনল্লাং,
মায়থীরে লাপ্পা চৎখরে
অপাম্বা, কল্লক-য়েংথীবা
মাঙখরে পুক্লীং লৈকোলদা ॥

তাঙলম্বা ইমিৎ অনীদা
উজরে শেংল' তাইবঙপান
পঙলম্বা নাপ অনীদা
অচুম্বা নপাউ তাজরে ॥

১৪/১০/২০০৯



## অহীং কৌবী লাইরেম্বী

অহীং কৌবী লাইরেম্বী
মদোম কেকৃ লোৎখরে ।
মঙাং চেংলৌ শক্তম্না
মালেম শীন্না ঙাল্লক্লে ।।

য়ুমগী পোম্বী নুংশিবী
লমগী চেল্লা নুংওনবী
য়াকায়রোলবু শল্লক্লে ।
তাইবঙ থরায় খিবিক্লা
মশিন শিন্থা পাঙলক্লে ।।

হৈরাং লৈরাং পূম্বনা
হৈকোল লৈকোল লৈতেংলে ।
লৈনম পুবা মালঙবা
লিরি খোঙদোয় হুল্লক্লে
তাইবঙ থম্মোয় নুংওল্লে ।।

১৫/১০/২০০৯

## কাউরবরনে তাইবঙ মীওইবা

কাউরবরনে তাইবঙ মীওইবা
নঙনা মালেমদা খোঙদারকপদা
হঙা খোঞ্জেলনা মীকপলকপদা
মালেম ইমানা নোকচখিবনি ॥

লান্না য়েংলিবা নঙগী মীৎয়েংনা
চৈনা পীগনু তাইবঙ থব্রায়বু
লান্না থাংলিবা নঙগী খোঙথাংনা
মৈশা পীগনু মালেম ইমাদা ॥

তম্বিরকপনি শিদ নাদয়াই
য়াইফ খূদোলসে মপু মহাক্না
নুংশি মপাউখোল য়েল্লু মীওইবা
মকা লামসনু পলেম মায়থোঙসে ॥

৭/১২/২০০৯

## মোৎলবা হকচাঙদি শেংদোক্ত

মোৎলবা হকচাঙদি শেংদোক্ত
অহনবা ফীজোলবু শেংলিবা
ঐনবু করম্না য়ৌগনি
শেংলবা নখূয়া থম্বালদা ॥

কোরৌগী মঙালনা ঙাল্লসু
থম্মোয়গী অমম্বা কোক্তরি ।
থাজগী থাবলনা মেঙলসু
পূক্লীংগী মঙালদি ফংদরি ।
করম্না ননাক্তা য়ৌগনি ॥

অপাম্বা, মীহৌবা, লৌনম্লাং
নীংতম্বা থম্মোয়না খোয়দারুই ।
লানখ্রবা পুন্সিগী খোঙথাংনি
পঙলবা পূক্লীংনা কাউথোক্লুই ।
করম্না ননাক্তা য়ৌগনি ॥

২/১/২০১০

## নুংঙাইবা মঙলান্দা তাউরিঙৈ

নুংঙাইবা মঙলান্দা তাউরিঙৈ
লোইনাইবা মপোক্তি খল্লুদে।
অমম্বা ঈপাক্তা লুপলিঙৈ
শেম্বীবা নহাকপু নীংশীংদে ॥

মিংলেনসু শোনজবা ঙমহৌদে
নগুনসু শকচবা হৈহৌদে।
ঙসিদি ইরালনি খঙজরে
মীৎলূগী পিরাংসু ঈহৌরে ॥

অমম্বা অঙানবা লংদাইদা
পুঙ্গিগী ঈপাকসে লাল্লমদাই
নখূয়া থম্বালসে নত্তনা
পূম্নমক অরেম্বা ওইরল্লে ॥

৪/১/২০১০

## তাইবঙ মপোক কৌবসে

তাইবঙ মপোক কৌবসে
ঐদি য়াম্না নুংশিজৈ
থৱায় চেক্না মহাকসে
ঐদি য়াম্না পাম্মৃজৈ ।।

ঙসি অয়ুক য়েন্দাদা
পুন্সি থৌদাং পুদুনা
মঙলৈবাক্কী হিদেন্দা
চাক্তাফমবু থিররি
মহুম পোনজেল শাররি ।।

কোরৌ মমি শামখ্রদি
অমম্বদা তিনখ্রনি
চেংলৌ শক্তম উররোই
য়াৱা খোঞ্জেল তাররোই
চেক্না মদোম পাইখ্রনি ।।

২৭/১/২০১০

## মহৈগী লাইরেম্বী ইমা ও

মহৈগী লাইরেম্বী ইমা ও
চঙজরি নখূয়া থম্বালদা
লৌশিংগী তুংনফম ওইরিবী
লৌশিংগী থাওমৈবু থানবিরো ।।

থম্বালগী নৈকাদা কায়দোংবী
ৱাহোঙনা কাংঙনা থৌগনবী
বীনাগী তারদা ঙাওরিবী
খূত্তনা খোর্জৈনা লৈতেংলি ।।

তাইবঙগী কোকলেন্দা শাথৌবী
লৈয়েংদা, লৈতোন্দা, শাদোঙবী
লোইনাইদ ইমাগী নয়াইনি
মূৎনাইদ মৈরাগী মঙালনি ।।

চীংজূমগী লাইজগুম তরুবী
নোংমদোন লীক্লাগুম তশেংবী
পুন্সিবু নোংদম্বী ইমানি
অচূম্বা লম্বীবু তাকপীরো ।।

৪/২/২০১০

## ইমা নঙনি তাইবঙ লৈশেম্বী

ইমা নঙনি তাইবঙ লৈশেম্বী
শোঞ্জরিনে নঙগী মিংলেস্তা
শৈথারিনে নতীক নয়াইতা
তাইবঙ থব্রায় পানবা খিবিক্লা ।।

ঈংনা শংল' চরৈ থোল্লিবী
মালেম লাইজ ঈপাক খোঙনেৎপী
নোংদোন কোরৌ মঙাল লৃহুপ্পী
লাইবক্কী লৈতেং ওইরি থাজনা ।।

নাওয়োক হৈবী ইমা নুংশিবী
চঙজফম্নি থব্রায় পূম্বগী
শক্লোন চাম চাম য়াইপুবী
মোমোন্নবী মায়থোঙ থম্বালনি ।।

২১/১/২০১০

## কোরৌ হনবা পম্বৌ ও

কোরৌ হনবা পম্বৌ ও
ঙসি মঙাং ৱাংলেন্দা
খূয়া খাদা চঙজরি
য়াইফ থৌজাল নিজরি ।।

লাইজ চোন্না খিন্দুনা
শীঙেল লৈরাং কৎচরি
মৈরা মেংক্রুক থৌগন্না
কোলোয় মিংলেন শোঞ্জরি ।।

নঙদি মৈরা মঙালনি
অমম্ববু কোকপীবা
উহনবীয়ু অঙানবা
পুন্সি লম্বী খূদিংদা ।।

মালেম কোয়না চৎপনি
লোইনা খঙনা উবনি
অচূম-অরান তাকপিয়ু
নচা-ননাই খিবিক্তা ।।

২২/৩/২০১০

## কদায়দা লোৎপগে পম্বৌ লৈশেম্বা

কদায়দা লোৎপগে পম্বৌ লৈশেম্বা
উৎপীরো তাইবঙদা নতীক নয়াইদো
থাবিরো অচূম্বা ৱায়েন কাটিসু
য়েংহৈদ্রে নুংশিবী মালেম তম্পাকসে ॥

মীওইবা মপোক্কা য়াওদরে মীরমচৎ
মিনুংশি ঈফুৎসু কংখরে থম্মোয়দা
অশেঙবা, অচূম্বা, ঙম্না লোৎখরে
নিল্লরে মালেমসে তেংথা খোঞ্জেলনা ॥

নুংশিবী চেক্লাগী শৈশক তাখিদ্রে
নুংওনবী পোম্বীগী শৈরোল তামখরে
লৈনমতা য়েল্লম্বা লিরি মালঙবা
ওইখরে খোঙলোয়ত মৈশা মৈরীগী ॥

৩০/৩/২০১০

# পোইরৈ লৈময়োন সনা লৈবাক

পোইরৈ লৈময়োন সনা লৈবাক
    তোমথিন ঙাল্লিনে মালেমসিদা ।
লাইগী লৈবাক্লি লাইরৈবাক্লি
    ঈংনা নীংথীবী ইমা লৈবাক ।।

কৌব্রু, নোংমাইজিং, থাংজিং, মারজিং
    লাইফম চীংজাওনা মায়কৈ ঙাক্লি ।
হুইকপ, খেনজোই, শিরোই, লাঙ্গোল
    লোইবী চীংশাংনা পল্লোন খারি ।।

ইম্ফাল, নম্বুল, থৌবাল, ঈরিল
    তুরেল কয়াগী লীক্লাং থোল্লি ।
লোক্তাক, লৌকোয়পাৎ, য়ারল, পুমলেন
    লাইজ ঈপাক্লা মিংশেল ওইরি ।।

৮/১০/২০০৯

# মোমোন নোক্লো ইমা ও

মোমোন নোক্লো ইমা ও
মায়থোং থাজ উৎপিরো
নমোম ওইবী য়াকায়রে
পারী ওইবা য়াহৌরে ।।

কংলা, কৌব্রু, থাংজিংদা
পোইরে লাইফম খূদিংদা
চীংউ খোয়ুম য়াকায়রে
লাইজ ঈরিক চাইরক্লে
মৈশেং মৈরা থাল্লক্লে ।।

মল্ল তাবু নুংদগী
ব্বারী শীংবুন লীরক্লে
অকাও-পরৈ চল্লুবা
য়েলহৌঙৈগী লীক্লমশিং
মশেক-মঙাল নাইরক্লে ।।

১৮/১০/২০১০

# করম্না পায়সিগে খোর্জেসে

করম্না পায়সিগে খোর্জেসে ইমা ও
    ইনবা পুৱারী তুংলমচৎ লীক্লমগী
ঙাইদুনা লৈরিবা ঙসিগী চেবাঙদা ॥

শংবান ঈপাক্তা ঙাঙলৈন ঈরাওখোল
    লোইবীগী লাম্নেদা তম্পাক্কী তেংথাখোল
লোইশিনবা নাইদনা লৈরদরা অসুম্মক ॥

অঙৌবা ফীজোলদা পুক্লীংগী ৱাকৎফম
    পিরাংনা চান্লবা পুন্সিগী তেংথাফম
ওইরদরা অসুম্মক ইমাগী তম্পাকসে ॥

১৯/২/২০১১

# ঙসিগী অঙাংনি হয়েংগী য়ুম্বীরেল

ঙসিগী অঙাংনি
    হয়েংগী য়ুম্বীরেল
ঙসিগী খোঙথাংনি
    হয়েংগী পম্থুংফম ।
করিগী কাউথোক্লি
    হীংঙুনে মীওইবা ।।

লাম্মৈগী মৈশাদা
    অনৌবা য়েন্নীংনা
করম্না হুনগনি ।
    অহোবা উতোংদা
ঈংলবা লাইজনা
    করম্না তুংগনি ।।

য়ুমফমদি থোন্দনা
    শারিবা শঙ্গায়না
করম্না খাঙগনি
    নোংলৈগী শহুমদা ।
য়েংলসি অরাপ্পা
    উরসি অনকপা ।।

১৯/২/২০১১

## লাংওল্লো লাংওল্লো

লাংওল্লো লাংওল্লো, মাইচৌ তরেৎ লাংওল্লো
শিন্থারো শিন্থারো, মাইচৌ তরেৎ শিন্থারো
লাইরৈবাক্নি খঙহল্লো, নরম লমলেন নুংশিবা ।।

ঈহল্লে ঈহল্লে, নোংখ্রং ঈরূপ ঈহল্লে
লাংওল্লে লাংতাইরে, কুমওন মশিং শুরক্লে
নীংশীংলো নীংশীংলো, ৱারোই চীংগী য়াৱাদো ।।

মৈমুংখী কংলাগী মীংনা উবা মৈরীদি
মুখৎলো ঙসিদি থনুং খাম্বী মৈরীসে
শোয়ফরোই ৱারমদো ৱাচুম শুবা মায়চৌ ও ।।

২০/২/২০১০

# পোইরৈ ৱাংমা লানখ্রবা

পোইরৈ ৱাংমা লানখ্রবা
    ঐগী মীতৈ নুংশিবা
মতম খোঙলৈ য়ৌরক্নে
    লাক্নো ঐখোয় পূল্লসি ।।

থম্মোয় য়াৱা ফোংদোক্লা
    পূকমেন পাউমেন পাউথেম্না
ঈগী লীপূন অচেৎপা
    চেৎনা পুনসি পুল্লসি ।।

মাইকৈ শিন্না চাইখিবা
    তোপ্না তাম্না লৈখিবা
খুনগৎলসি লীক্লমশিং
    তুংগী লীখুন শেম্লসি ।।

১৬/৩/২০১১

# কৈদৌঙৈ অমুক্তং য়ৌগনি খঞ্জবা

কৈদৌঙৈ অমুক্তং য়ৌগনি খঞ্জবা
পুন্সিগী লাইনিঙ ওইদুনা ঙাইরকপা
নুংশিবী ইমা-ও কাছার লমনুংশি
য়ৌজরে ঙসিদি ইমাগী তম্পাকসে ।।

নুংওল্লে থম্মোয়সে ইমাগী মীনোক্লা
পুনখরে চেৎলবা নুংশিগী লীপূননা
লাক্কনি খনবদা কায়নবৈ মীকূপতো
লৈতাদ্রে থম্মোয়সে খোয়রাঙলে পূক্লীংসে ।।

থাংখিবা তারবা থাংনিংদ্র ঈখোঙসে
নুংশিবী ইমাগী তম্পাকসে থাদোক্লম
থম্মোয়দা কিরিবা নুংশিগী কিশিসে
ঈরীগী লীপূননি তৎলরোই ইমা ও ।।

লক্ষীপুর/কাছার
১০/৩/২০১১

# পোক্লফম লমদম নুংশিবী ইমা

পোক্লফম লমদম নুংশিবী ইমা
    নুংশিবা পূম্বগী নুংশিবী নঙনি ।
নীংথীবা পূম্বগী নীংথীবী নঙনি
    পূম্নমক নঙোন্দা লৈরম্লে ইমা ।।

পলেমগী মিংখৈ মিংলেনসে নত্তনা
    অহেনবা লাইশোন লৈরমদ্রে ইমা ।
নুংশিবী পলেমগী তমপাকসে নত্তনা
    পূম্নমক অরেম্বা ওইরম্লে ইমা ।।

লুরবা ঈরোন্নুং, মন্নবা লৈরোন্নুং
    ৱাংলবা লোইবী, লোইনাইদ নোংমদোন
য়ৌরুরে ইমা, কোয়রুরে মালেম
    পূম্নমক নঙগীতা ওইরম্লে ইমা ।।

২১/৩/২০১১

# লোইবী নাপোম অরাংবদা

লোইবী নাপোম অরাংবদা
　　কোক্তা শম্বু পুরদুনা
চীংগী পামলৌ তম্লিবীসে
　　ঐখোয় পোকপী ইমানিনে ॥

পারী মমোম নাউয়োকপদা
　　অরা মৈশা লাংলবীনি ।
লৈত লায়র মৈখূরক্তা
　　চেংলৌ শক্তম ওল্লবীনি ॥

লৈচীল নঙসু ফিজং খল্লো
　　পলেম অরা পোখাহল্লো ।
মালঙ নঙসু লিরি হুম্মু
　　পলেম হুমাং তৈথোকলম্মু ॥

২৭/৩/২০১১

## মণ্ডলান্নি খল্লগে নুংশিরুবা

মণ্ডলান্নি খল্লগে নুংশিরুবা
কাউথোকপা তন্নগে পুন্সিসিদা
নুংশিবা খণ্ডবী নশুংলাংগী
লেল্লগে মপোকসে নীংবা কায়না ॥

পুন্সিগী মরূপনি খঞ্জরুবা
নুংঙাইবা ঈপাক্তা তাউজরুবা
ইরালগী চৈনাসে খাঙজহৌগে
লমহেনবা থম্মোয়সে কপচহৌগে ॥

অহানবা থেংনবা মীকুপ্পুগী
খঙহৌদ থম্মোয়দা হৌরকখিবা
নিংতম্বা থম্মোয়গী নুংশি ঈথিল
অঙাওবা ঈরৈনি খন্দোক্লগে ॥

৮/৮/২০০৯

# ৱারৌবতা হৈবা থম্মোয়দুনা

ৱারৌবতা হৈবা থম্মোয়দুনা
খঙবীরম্লবা ঐগী থম্মোয়সে
ফংলম্লোইনে ঐসু নফমদগী
খাঙ্‌ঙমদ্রবা চৈনা পুন্সিসিদা ॥

খাজিনখ্রবা চেকপল মনুংসিদা
হোংফদ্রবা ৱাশক পল্লোম্নুংদা
উবীরম্লবা ঐগী পুন্সি শক্তম
কপলমগনি নঙসু ঐগীদমক্তা ॥

মীরায়বিরে পুন্সি নোংদম্বনা
ওইহনবীরে ঐবু থম্মোয়পান্দবী
ইম্থোকখিবদা নঙবু ইফমদগী
খাঙহৌরিবা চৈনা পুন্সিগিনি ॥

১২/৮/২০০৯

# লোয়ালমগী তামখ্রবীদো

লোয়ালমগী তামখ্রবীদো
মীৎমাঙসিদা লেপ্লরেনে
ঝারৌ পূকচেল লোয়নখিবী
কাউগে খল্লি কাউঙমদরে ॥

পম্বৌ য়াথং ইনখিনবা
চীনবানসিনা হায়দোকখ্রে
নুংশিববু মীনম্লগা
লম্লানবীনি ইম্বোক্লুবা
পূক্লীংসিনা নিঙাই তৌহৌরে ॥

নোক্লিবসে মীনম্লবনি
থম্মোয়দদি কপ্লীবনি
পূক্লীং নিঙাই থেমঙমদরে
নুংশিববু মীনম্লুবা
মায়থীহৌরে ঐগী পুন্সি ॥

২৬/১০/২০০৯

## ইচেগী ইবেম্মা নুংশিবী

ইচেগী ইবেম্মা নুংশিবী
লৈহৌরো ইচেদি চৎলগে
পুন্সিগী অনৌবা খোঙচত্তা
শকখঙদ মদাইকা য়ৌখ্রগে ।।

নিঙোলগী মপোকসে নুংশিকো
নঙগীসু মতমদো লাক্কনি
নিঙোলগী কাসিদি হাঙহৌনি
পম্বোগী নুংশিবা ঈরানয়াই
ইপামগী লমদম্মু ওইহৌরে ।।

পুন্সিগী অরাবা খঙদনা
পলেমগী পম্বোগী শাইগোন্দা
নুংঙাইনা লেনখিবা মীকৃপতো
লাক্লরোই অমুক নৌহৌনা
নিঙোলগী মপোকসে নুংশিকো ।।

১২/১১/২০০৯

# মেরাগী থাবল নুংওনবী

মেরাগী থাবল নুংওনবী
কায়রবা ঐগী থম্মোয়সে
মিনুংশি খঙদ ওৎলরে
মেঙলবা নঙগী নঙালনা ॥

হৌখ্রবা ৱারী লীররে
লৈঙমদ্রে মৈচাক পুঙমদরে
থুপ্লবা থম্মোয় কাচিন্দা
পাম্মূনা চেৎনা থমজবা
পূন্নমক থাপ্না তামখরে ॥

পল্লেপফম খঙদ পাইখিবা
অপাইবা লৈচীল য়েংলগা
লেল্লিবা ঐগী পুন্সিনি
উদরা মীৎলু পিরাংসে
করিগী মৈচাক হাপ্লরি ॥

৭/১১/২০০৯

## শক্করগনু য়েন্নীংথা ও

শক্করগনু য়েন্নীংথা ও  
নঙগী ঈশৈদো তাঙমদরে  
নঙগা তাম্নরগে ৱাশকখরে  
শক্লোন হোংখ্রবা পুন্সিসিদা ॥

নঙগী ঈশৈদো তারবদি  
হৌখ্র ৱারীদো নীংশীংলগা  
নুংশি মৈচাকসু হাপলক্কনি  
ঐগী থম্মোয়সু কায়খিগনি ॥

নঙগী ঈশৈগী তান্থাদুনা  
পুন্সি ফিরেপসে হোংখ্রবদি  
ঐগী ৱাশকসু কায়খ্রগনি  
নুংশি লমনসু তোলহৌরনি ॥

২৮/১১/২০০৯

# লোইশিন্দনা লোইশিনখ্রবা

লোইশিন্দনা লোইশিনখ্রবা
নঙগী ঐগী হৌখ্রবা ৱারী
লৈকোলসিনা নীংশীংহল্লে
নৌহৌননা ঙসি অমুক ।।

লোম্থোক্তবী লৈরাংশিংনা
ফোঙদোরক্লে অদুঙৈগী
থম্মোয়নুংগী ৱারোল কয়া
লৈরোল চন্না থমজিনখ্রবা ।।

ঐগী পূক্লীং খোয়রাঙলক্লে
মনিঙ তম্লে মীৎলূ পিরাং
পুন্সি মমি শাল্লমদাইনি
কাউথোক্লুরে মীকূপসিদা ।।

২৮/১১/২০০৯

## লৈচীলসিসু মৈশা পুরন্লে

লৈচীলসিসু মৈশা পুরন্লে
থাজসিসু মৈচাক য়াওরন্লে
ঙসিতনি ঐনা খঙলীবা
নঙনা তাম্না চৎখ্র' তুংসিদা ।।

নুংশিবগী মতীক ময়াইসে
অসুক কল্লি ঐদি খঙলুদে
কায়নবগী অৰা মৈচাকসে
অসুক ৰানি ঐদি থাজদে ।।

নুংঙাই মঙলান মঙখি অদুঙৈ
নুংশি ঈথক ঈপোম হৌরিঙৈ
নীংশীংলগা থম্মোয় কায়হল্লে
মহাও য়াওদ্রে পুন্সি হিংবগী ।।

৩১/১২/২০০৯

# ৱাহং অমা হংলিয়ে

ৱাহং অমা হংলিয়ে
পাউখুম অমা ঙাইরিয়ে
পলেম শকপী ইমাখোয় !
পম্থৌ শকপা ইপাখোয় !
খঙজনিংনা হংবনি
পাউখুম শেংনা খুম্বীয়ু ॥

শংব্রৈ চরোৎ হাউনাগী
চেংহী মনম চুরবী,
শম্লাং নীংদু য়ৈরম্বী,
পোইরৈ নুজা লৈরম্মী
শম্লাং কোয়কক্লরম্মী
হায়নৈ মীনা চুম্বরা ॥

তওৎ তমং খূত্তা পায়,
শিন্নাই তরেং মাঙদা থা,
শিনশু ঈশৈ শক্লম্বী
পোইরৈ চনু লৈরম্মী
ফৌশু ঈশৈ শক্লম্মী
হায়নৈ মীনা চুম্বরা ॥

২৮/১/২০১০

# পোইরৈ শীন্না শাৎলম্বী

পোইরৈ শীন্না শাৎলম্বী
শীন্নৌ লশিং লৈরাংলৈ
লৈশেম লৈরাং নুংওনবী
লৈরাং নঙবু কৈদনো ॥

পারী চাউদ নাউয়োক্লে
ইমোম শাংদ নাউকোল্লে
পলেম শক্তম লৌরখো
পোইরৈ যুমথোঙ খূদিংদা
শীঙেল লৈশক তাক্লখো ॥

নঙগী লৈশাৎ লেপখিনু
লৈশেম ঈশৈ কাউখিনু
লৈরাং লৈশাৎ লেপখ্র'দি
পোইরৈ সনা লৈবাক্কী
লনগৈ ময়েং তাখিনি ॥

২৮/১/২০১০



# কুমজাই লাংলেন চরৈহল

কুমজাই লাংলেন চরৈহল
লোইদাম চনু শজিবু
লৈশা মপুঙ ফারক্লে
নিঙোল মকে শেম্লক্লে
য়েংলো লাউনে নীংথীরে ।।

লৈরি, চোম্লাং, কুশূমলৈ
কোম্বীরৈদি লৈনুংশি
নাপই নাচোম ওইখরে ।
খোঙ্গুমৈম্লে, শমজীরৈ
উরৈ লৈরাং নুংওনবী
নুরাই শমজী ঙানখরে ।।

লৈহাউ লৈরেন তোমথিনবী
শাইনোন লক্তা লোৎচরি ।
লৈকোল লৈমা গুলাপলৈ,
য়াহৌ ঙনবী সনারৈ,
নুজাই ঙক্তা ঙাম্থোইরি
য়েংবই পেনবা নাইদরে ।।

১২/৩/২০১০



# খৌরাংনা ঙাইরকপা ব্লাকচীংগী

খৌরাংনা ঙাইরকপা ব্লাকচীংগী
নোংলিকসে ঙসিদি খীক্লরে
লাক্লনি মপাউসু ফাইরেলগী
শক্লনি য়েন্নীংথা ঈশৈসু ॥

উল্লেনগী চৈনাবু খাঙলুবা
উপালদা য়েন্নীংসু হুল্লনি
ব্লাকচীংগী উনখাবু নংলুবা
লৈপালদা লৈয়োনসু চোংলনি ॥

হৈনৌগী অপোম্বা মপালদা
নুংওনবী কোকিলনা খোংলনি
হৈখাগী ঙৌরুন মপালদা
মালঙনা চীরোলবু তৌরনি ॥

৩১/১/২০১০

# তাম্নরগা কাউগদ্রা খল্লুবা

তাম্নরগা কাউগদ্রা খল্লুবা
নঙগী নুংশি শক্তমসে কাউঙমদ্রে
লাপ্নরগা মুৎকদ্রা নীংলুবা
নঙগী নুংশি মৈচাকসে মুৎঙমদ্রে ॥

চৎনবীগী শম্বলবু কিরুরে
মীনম্লুরে থম্মোয়গী নুংশিবা
ইন্থোক্লুরে নুংশিবী নহাকপু
চুখৎলুবা মৈরিসে ইখূৎনা
লকানুংদা ওমচাক্ল চাক্লক্লে ॥

নীংশীংলগা হৌখ্রবা ৱারীশিং
মচেৎতানা কায়হল্লে থম্মোয়সে
মৈরী ওনখ্রে নুংওনবী থাবলসু
নিংঙমদবা থম্মোয়গী মৈচাকসে
খঙলম্লোইদো চান্নবী নঙনদি ॥

৪/১/২০১০

# ইখিগে খল্লি পুন্সিগী ৱারী

ইখিগে খল্লি, পুন্সিগী ৱারী
চেনাসু লোইদরি, ইনিংবা লেপতরি
ৱাখলগী ঈচেল, ঈচেল নাইরক্লি ॥

অরোনবা মৈচাক, অফোঙবা পিরাং
থম্মোয়না খাঙলি নোংদমগী চৈনা
অমুবা ফিজং, ফিজং মরুমদা ॥

লোইবীনা ঈপাক, ঈপাক্লা লোইবী
ওইখিবা নংতরা লৈশেমলোন ৱারী
অহোঙবা পুন্সি, পুন্সি খোঙচৎনি ॥

২৫/১/২০১০

# ঙাওজরুবনি ঐদি

ঙাওজরুবনি ঐদি
নঙগী ঈশৈগী ঈপোমদা
মঙজরুবনি মঙলান
মঙফাওনররোই খঙনা ।।

মঙলাক্লবসু পামদে
ঐগী পুন্সিসে মঙলান্দা
কাউথোক্লগেসু ঙমদে
নঙগী ঈশৈসে তাইবঙদা
হায়ফম তৌফম খঙদরে ।।

শজিক থবাগুম নঙনা
ঙানখো সুরগী অতিয়া
নঙগী ঈশৈগী তান্থাদা
চীংলোন ব্লাংমগী পুন্সিনা
মোমোন মীনোক তম্লগে ।।

২৩/২/২০১০

## নঙতবু ঙাইবদা পুন্সিসে চোকথরে

নঙতবু ঙাইবদা পুন্সিসে চোকথরে
মীৎলৃগী পিরাংসে খাম্বসু য়াদরে
লৌনম্বা নঙবুদি থম্মোয়না ৱারৌরে ।।

লাকখিনি হায়রম্বা, থম্মোয়বু থেল্লম্বা
ৱাশক্তো নীংশীংলি, শক্তমদো থোরক্লি
কাউগেসু ঙমদেনে হৌখ্রবা ৱারীশিং ।।

মেঙলবা থাবলগী নুংওনবা মাঙখরে
অহীংগী অচীকপা অরেম্বা ওইখরে
লৈকঙলা ওইহৌরে চল্লবী মপোকসে ।।

২৭/১/২০১০



# হিংনিংবগী অপাম্বা

হিংনিংবগী অপাম্বা
লৈরমদ্রবা পুম্নিসে
হিংনিংলক্লে ঙসিদি
থেংনরুবদা নহাক্কা ॥

নুংশিবসু খঙলক্লে
অপাম্বসু ফাওরক্লে
শকখঙদবা নহাকপু
করি থোক্লে ঐহাক্কা ॥

তম্লিংলক্লে ইপাউসু
লোইনাইদনা নফমদা
লাইনিং ওইরে নংতনা
করি মরম্নু লৈবনো ॥

৩১/৫/২০১০

# তারমদাই কোরৌ মঙান্দা

তারমদাই কোরৌ মঙান্দা
খুমজিনথ্রবা পুন্সি চেনাদো
হাইদোরক্লে নঙগী মায়থোঙনা
শংবানবী চীংয়া লৈকোন্দা ।।

নোংদম্বগী নোংদম চৈথেংনা
নাথৈথ্রবা পুন্সি ঈচেলদো
হল্লক্লরোই খঙনা খোয়রাঙলুই
নীংশীংলগা থম্মোয় নুংওল্লুই ।।

কুইরবগী তুংদা ঙসিদি
য়াইফকোনগী য়াইফ নপাউখোল
তল্লিবদো মোমোন মায়থোঙনা
পেঞ্জরেনে ঐগী থম্মোয়না ।।

৫/৮/২০১০

# থোৎনা নৌবী লৈবাকলৈ

থোৎনা নৌবী লৈবাকলৈ
তনৌরবী লৈয়োন্না
কল্প মালেম তেমশিংনা
লৈকা ফন্না শাৎলক্লে ।।

মেঙনা থোৎপী লৈনানা
কোরৌ মৈশা অকনবা
খাঙ্ঙমদনা খাঙলিবা
য়েংঙমদরে মতৌসে ।।

নোংলৈ শহুম অঙাওবা
তেমশিংনরি লৈখোক্লা
ইঙা নোংজু চৈথেংসু
মায়োক্লরি লৈনানা ।।

২৯/৮/২০১০

# ৰাহৈ অমা লানখিবনা

ৰাহৈ অমা লানখিবনা
পুক্সি 'সিমা লাল্লদরা
ঐগী থম্মোয় কপহল্লগা
নঙগী থম্মোয় পেল্লদরা ।।

মিপাইচাউবী থম্মোয়সিদি
নপাউ তাদ লৈঙমদরে
লৈচীল উরুই মৈচাক হাপ্লি
ঈচেল য়েংলুই পিরোইনরি ।।

সুমহৎ হৈবি মালেম লৈমায়
মৈফম ওল্লে মৈশা ফাওরে
ৰারৌ পূকচেল উৎলিবরা
থম্মোয় নুংগুম কনগ্রবরা ।।

৪/১০/২০১০

# থাবলগী ফীজোল শেৎলিবী

থাবলগী ফীজোল শেৎলিবী
মালেমসে মেঙনা নীংথীরে
নুংওল্লে থম্মোয় লকানুং
খোয়রাঙলে উনবী পূক্লীংসু ।।

লৈচীলগী শাথেক লোৎখরে
চীরোল্লে লিরি মালঙনা
উরুবা খূদিং তনৌরে
য়েংলুবা পূম্বা নীংথীরে ।।

মেঙলবা থাবল ঈপোমদা
নুংশিবা কৌবা মহাক্কী
ব্লাবগী চৈথেং লোইরমদরে
নুংঙাইবা পনখৈ লৈরমদরে ।।

১১/৯/২০১০

# পারী নঙবু নুংশিবা

পারী নঙবু নুংশিবা
পলেম থব্বায় ওইরম্বা
পারী চেংলৌ উদবা
কুমজা মশিং য়ান্নেদা !
তাদ্রে য়াব্বা নুংওনবা
নঙবু করম লেল্লীগবা ॥

কুমগী নোংজু লাকপদা
চোৎতবরা নহাকপু
অখাক অরাও শহুমদা
কিদবরা পারীও !
নিংথম উল্লেন চৈথেংদা
করম খাঙলী নুংশিথোইবা ॥

খোঙ্গুল লীরুই ফংদরে
ঙাইজবসু লাক্তরে
তরা চাকপু লামদরা
পীবুক থন্না চারোলাও ।
পারী শেৎনা মৈরীদা
লেমলৈ ওইরে পলেমদি ॥

৯/১০/২০১০

# তাইবঙ মীরল্লেন ৱাংমদা

তাইবঙ মীরল্লেন ৱাংমদা
নুংশি শক্তমসে পুদুনা
ইদোম চৎলগে নুংশিবা
কায়নৌ তম্লম্লে লাইবক্তা ॥

নোংদম চৈথেংনা য়েৰদা
কেনখরে লৈনাসু চোইজাইনা
থম্মোয় লৈরাংসু কৎঙমদরে
নুংশি মঙলানসু কায়খরে ॥

নুংশি লংলাগী লংজিন্দি
চেৎনা কিহৌরী থম্মোয়দা
মথং মপোক্তা শন্নসি
নঙবু ঙাইরমগে চান্নবা ॥

২০/১০/২০১০

# মেরা থাবূম নুংওনবী

মেরা থাবূম নুংওনবী
খোঙলৈ কায়দ য়ৌরক্লে
লাংবন মৈশা তুংওইনা
নুংওন মপাউ পুদুনা ।।

পলেম লাংওন চঙখোনবী
অপাম্ব্বোইবী ইমানা
মপাম লমদম খোঙ্গুমলক
য়াইফ থৌজাল পীনথা ।।

চীংউ লীক্লম তুংইঞ্জ
মালেম য়াইফ থৌনিজ
খোয়ুম শিন্থা পাঙদুনা
লাইনিং পরৈ চেৎনথা ।।

মেরা থাউমৈ থান্দুনা
মেরা হৌবু চোংদুনা
চীংমী তম্মী অনীগী
নুংশি লীপূন চেৎনথা ।।

১৯/১০/২০১০

# চেদা য়েকপা নহাক্কী

চেদা য়েকপা নহাক্কী
লোম্থোক্তবা শক্তমসে
ঐগী থৱায় ওইহৌরি
ঐগী পুন্সি ওইহৌরি ।।

চৎনবীগী শম্বলনা
নঙগী ঐগী মরক্তা
লোইবী চীংগুম থৎখরে
উনা উনা তাম্নরে
খাঙ্‌ঙমদ্রবা চৈনারক্তা ।।

উনবগী নুংঙাইবা
পুন্সিসিদা ফংদরে
কায়নবগী অৱাবা
ঐগী শরূক তম্নম্লে
তায়োন্নবা নোংদমখোলদা ।।

২১/৯/২০১০

# ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা

ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা
শাগৈগী উরেপও পাঙ্গনবা
ইচেগী য়াৱাসে তারোনে
অকাওবা পরৈসু চনগনু ॥

পলেমগী ঈরিক্লা খোল্লাংনা
শেমখীবা চাউখিবা হকচাঙদো
নুংশিবা ঙম্মুকো নুংশিথোইবা !
ফত্তবা চীঞ্জাক্তি হূনিনে
নত্তবা লীচত্তি য়েক্লবনি ॥

ফংঙমদ্র মীওইবা মপোকনি
তাঙলবা পুক্নিগী মীকৃপনি
পাম্মূবা হৈয়ুকো নুংশিথোইবা !
খোল্লাংগী লমন শিংলম্মু
পোকচমন ফিদা থারম্মু ॥

২/১০/২০১০

# হায়খ্রবনি ঐদি পূক্লিংগী ব্বারোল

হায়খ্রবনি ঐদি পূক্লিংগী ব্বারোল
নাশোন পিক্লা চীক্লা খোঞ্জেলসু থোক্ত
য়ৌরমগনি খল্লি থম্মোয়দা নঙগী
মীনম্বদি নত্তে নুংশিগী লীপূন ॥

লৈচিল্লক্তা কেকু লোৎলিবী থাজ
মাঙখিবরা মাগী মেঙলবা মঙাল
মীনল্লগা নদোম নুংশিবা মাবু
ঙমগদরা খাঙবা পুন্সিগী চৈনা ॥

অহানবনি নঙনা অরোয়বসুনি
লৈজরিবা পূম্বা নঙতগীনিনে
নুংশিরুবা ইরাল ওইহনবীগনু
খাঙঙুথক্কী নত্তে পুনখিবা লীপূন ॥

২৩/৯/২০১০

## মৈরানবীবু ওইরুরে

মৈরানবীবু ওইরুরে
নঙগী নুংশি মৈরীদা
মিহৌরুরে নঙতবু
খোয়দারুরে পূক্নীংনা ॥

মৈশা য়াওরি খঙলুদে
ননাক্তবু নক্লুরে
লাপথোকপসু ঙম্লরোই
পুক্সিসিনা হিংলিঙৈ ॥

মৈরিসিদা তাঙ্গোয় ওন্না
চাকথেকপিরো পুক্সিসে
মপোক মহৈ য়াঙ্গগে
নঙবু নুংশিরুবগী ॥

১৫/৯/২০১০

# লৈচীলনি খন্না ঙাইরুবা

লৈচীলনি খন্না ঙাইরুবা
মৈখুগী মপৈ ওইরম্লে
খীক্লরোই নোংলেন ঈরীকসু
খৌরাংল' থম্মোয় লৈকোলদা ॥

ঙাইবদা কয়াম ব্রাখিবা
মীকৃপতো কয়াম শাংখিবা
ফংহৌরে চৈনা ইতোমতা
খৌরাংবা মৈচাক খাঙবগী ॥

লাক্লরোই পুন্সি য়েন্নীংথা
থম্মোয়গী লৈরাং শাৎলরোই
নুংশিগী মঙলান কায়হৌরে
অরেম্বা ওইরে মপোকসে ॥

৭/৯/২০১০

# তূমদুনা লৈজবী থম্মোয়সে

তূমদুনা লৈজবী থম্মোয়সে
নীংশীংবা নহাক্কা হৌদোক্করে
খাম্বসু য়াদনা মীৎলূদা
পিরাংগী ঈচেলসু নাইরক্কে ।।

নুংশিবা মশকসু খঙদনা
করিগী নুংশিবা তম্বীরম্লী
থম্মোয়সু পান্দবা নহাকপু
করম্না থেংনরুই পুক্সিদা ।।

লাৎচরুই থম্মোয়দা নঙতবু
ইরালদো করিনো পীরম্লবা
মৈচাকসে অসুম্না খাঙলমলোই
নুংশিবা খঙলুবা থম্মোয়না ।।

২/১০/২০১০

# মনিঙ তম্লিবা ঐগী থম্মোয়গী নিঙাইসে

মনিঙ তম্লিবা ঐগী থম্মোয়গী নিঙাইসে
থেম্বা ঙমদরে ইদোম লৈতাফম খঙদরে
ওইনরিমাল্লে মসু তামখ্রবা নফমদা ॥

হৌদোকখিবনি ঐগী তূন্নম্বা থম্মোয়সে
মঙজরিঙৈদা নুংঙাই মঙলান পুন্সিগী
অসুম ওইগনি হায়বা খল্লুদে নোংমতা ॥

চৈনা ফংহৌরে ঙসি চন্নবী থম্মোয়সে
অসুক শাথিনি হায়বা নীংলুদে নুংশিবা
অসুক ব্রাগনি হায়বা খঙলুদে কায়নবা ॥

৪/১০/২০১০

# চৎনবীগী শম্বলসিনা

চৎনবীগী শম্বলসিনা
নঙগী ঐগী মরকসিদা
খাম্ব্রবসু কায়না পল্লোন
থম্মোয়নুংগী নুংশিবদি
মপোক তরেৎ তরেৎকীনি ।।

লীরি ব্রারী, নুংওন ব্রারী
নুংশি শৈরোল শৈহৌফম
চীংয়া লৈকোল লৈরাংশিংনা
নীংশীংহল্লে থৌদোক কয়া
লেপ্পাইদবা নোংজুসিনা ।।

মঙলান তাইবঙ অনীমক্তা
ঐগী থম্মোয় অতিয়াদা
ঙাল্লি নঙনা কোরৌ ওইনা
পীরি মঙাল থাজ ওইনা
ওইরি নঙনা ঐগী পুক্সি ।।

২৪/১০/২০১০



## লাওনা হাংলম্বা নহাক্কী

লাওনা হাংলম্বা নহাক্কী
নুংশি থোঙ্গালসে ঙসিদি
মরম তাক্লম্মু লোনবগী
মৈচাক খাঙজবা ঙম্লবা ।।

পুন্সি অয়ুক্তা মঙলানগুম
শকমীন্নখিবা ঈশৈদো
খোম্থাং য়েহৌরি থম্মোয়দা
কাউবা ঙম্লব্রা নহাকপু ।।

নঙগী থম্মোয়গী পৌরোলদো
লোনবা ঙম্লব্রা তশেংনা
ঐগী হ্বাখলগী অতিয়া
লৈচীল মপৈনা কুপলক্লে ।।

২/১১/২০১০

# তাম্লবা লোইবী চীংয়াদা

তাম্লবা লোইবী চীংয়াদা
লৈজবী ঐনি চম্লবী
অচীকপা পামজৈ থম্মোয়না
মহৌশা লৈকোল খোয়দাজৈ ।।

মালঙগা খোঙলোয় ওইদুনা
চেল্লাগা লমজেল তান্নজৈ
অশংবা হানৌ মরক্তা
পোম্বীগা কেকু লোৎমিন্নে ।।

লূরবা লোইবী ঈচেলগা
নুংশিবা ঈশৈ শকমীন্নে
পাইরিবা লৈচীল মপৈগা
পুন্সিগী পাউখোঙ চন্নজৈ ।।

১২/১১/২০১০

# উমং কৌবী ঐদি কপলি

উমং কৌবী ঐদি কপলি
থম্মোয় শোক্লি, নুংহীক্লরি
মনিঙ তম্বা মীওইবগী
পায়মা থেনবা মতৌসিদা ॥

ঐগী শক্তম থুগায়বিরে
ইতম্বাক্তা চাক্তারম্বা
পোম্বী চেক্লা ঙম্না পাইখরে
ইশাইকোন্দা হিংজরম্বা
থৱায় কয়া লৈফম লৈতরে ॥

তাইবঙ থৱায় নাউয়োক্লিবা
নিংশা লাইজ শাইওনহনবা
উমং ঐবু মীরায়বীরে
ফংহৌগনি চৈনাদুদি
নীংশীংদরে মীওইবনা ॥

১৪/১১/২০১০

# নীংথীবী থানিল থাজসে

নীংথীবী থানিল থাজসে
নুংশিবী মায়থোঙনা হেল্লিনে
নুংঙনবী থাবলগী ইপোমসে
পাম্মূবী শাথেক্লা হেল্লিনে ।।

গুলাপনি থম্মোয়গী লৈকোলদা
নুংশিবা লৈনম্মু য়েল্লিবী
থাজনি পূক্নীংগী নোংদোন্দা
মেঙলবা মঙালবু পীরিবী ।।

কংনাইদ্র নুংশিগী ঈফুৎনি
পুন্সিগী ঈতিনফম ঈপাক্লি
নঙতনা মহেল্লি চান্নবী
নঙতনা হেল্লিনে থম্মোয়দা ।।

১৫/১১/২০১০

## অদুঙৈগী নুংশিবী

অদুঙৈগী নুংশিবী
নঙগী শক্তমদো মাঙলমদ্রি
থম্মোয়হুবী নীংথীবী
নঙগী মীনোক্তো হোংলমদ্রি ॥

গুলাপ মানবী মায়থোঙনা
ঐবু শুমহৎলি ঙসিসু
তঙাংলবী চীনবান্না
ঐবু ঙাওহল্লি হান্নগুম ॥

য়েন্নীংথাগী অয়ুক্তা
নুংশি ঈশৈবু শরুম্বী
কাউগে খল্লি কাউঙমদে
থম্মোয় লৈরাং-ও নুংওনবী ॥

১৬/১১/২০১০

# ঈয়ায়থক্কী থম্বালনি কাউবরা

ঈয়ায়থক্কী থম্বালনি কাউবরা
লৈকঙলাদা করিগী হৌনিংলুই
অরেম্বদা করিগী মিতারুই
লৈকঙলানি খঙলবা থম্মোয়বু ।।

লাক্লবসু নোংজুথা চামনা
শাৎকায়ররোই থম্বালগী লৈনাদি
য়েনঙশ্লরোই নুংশিবা লৈনমসু
থম্মোয়নুংগী তেংথাখোল নত্তনা ।।

ফংজরেদো চৈনাদি নতোমতা
খঙবীনবা কনাসু য়াওদনা
কান্নদ্রবা মপোক্লি পোক্লবা
হিংলুবগী মমলসু লৈত্রবা ।।

১২/১২/২০১০

# উৎলরবদা নঙগী চেংলৌ

উৎলরবদা নঙগী চেংলৌ
নোংথাঙগুম্না ইমাঙসিদা
নোংলেন ঈরীক চাইথরক্লে
ঐগী থম্মোয় লৈকঙলাদা ।।

নঙগী মীনোক অমখক্লা
চাংজৌ পারে থম্মোয় ঈপাক
নঙগী ৱাহৈ অমখক্লা
পুন্সি মমল লেপ্পীররে ।।

তামখরে ঐগী ৱাখল নোংলৈ
মুৎখরে মৈশা লকানুংগী
শাৎকায়রক্লে থম্মোয় লৈবাং
লৈশাৎ তম্বা কাউরুরবা ।।

১৩/৯/২০১০

# লাক্লবসু অনৌবা চহীনা

লাক্লবসু অনৌবা চহীনা
লাকখিদরে চান্নবা নহাক্তী
তাখীদরে নুংশিবা নপাউসু
মীকুপ খূদিং খৌরাংনা ঙাইজবা ॥

ওইনজরুই নুংশিবা নফমদা
ৱারৌখরে নঙনদি তশেংনা
খাঙ্ঙমদ্রবা থম্মোয়গী চৈনাদি
পুবীখিদ্রে অরীবা চহীনা ॥

নীংশীংলগা হৌখ্রবা ৱারীদো
থম্মোয়পেন্না কপচবা মঙায়রে
মহৌশাগুম নোকমিবা মায়থোঙনা
থেম্বীরদ্রে ৱারবা থম্মোয়সে ॥

১৬/১২/২০১০

# নুঙগুম্না কল্লম্বী থম্মোয়সে

নুঙগুম্না কল্লম্বী থম্মোয়সে
খঙহৌদ লৈনাগুম থোৎহনখি
থম্মোয়না চঙজফম পীখীদ্রবা
ম্বারৌনা চৎখ্রবা মহাক্কী
অরোইবা পুক্সিগী মীকৃপ্তা ॥

তামখ্রবা মহাক্কী থব্বায়না
লেপ্পরি ঙসিসু ইনাক্তা
লোইবী চীংজাওগুম লেঙদনা
পীররে ঈশৈগী ময়েকসু
হাপ্পরে সুরগী ঈপোমসু ॥

লেল্লগে মপোকসে নঙগীদমক
নুংশিবা খঙদবী ওইদুনা
থম্মোয়দা লোৎলীবা নুংশিবা
মথংগী মপোক লাংওন্দা
কৎচগে নুংশিবা নফমদা ॥

২০/১২/২০১০

# খঙবীরম্লবা পুন্সিসে

খঙবীরম্লবা পুন্সিসে
নওগীদমক্তা হিংবনি
পীবীরম্লোইনে চৈনাসে
হুন্দোকপিরম্লোই ইতোমতা ॥

নহাক লাকখিনি ঙাইবদা
অহীং কয়াসু লোইখরে
উল্লেন উনখানা য়ৈবদা
ঈংঙু য়াদরে থম্মোয়সে ॥

লোইবা তারবা মপোকসে
নওগী নুংশিবা ফংদনা
অমুক পোক্লরোই মীওইপোক
খাওবা ঙমদ্রবা চৈনাগী ॥

২১/১২/২০১০

# নঙগী লৈখোঙ শোম্না লাইজ খীক্লা

নঙগী লৈখোঙ শোম্না লাইজ খীক্লা
লেঞ্জরকপা পুন্সি লৈতাহন্দরে
ঙসি নঙনা শারেপ ফারকপদা ॥

কৈদৌঙৈনো নঙনা পোন্নকপদো
ঙাইঙমদনা ঐনা ঙাইজরকপা
পুম্মুম্নবী নতৌ উরুরগা
নুংওল্লক্লে ঐদি খোয়রাঙলক্লে ॥

পোমশাৎনবী নতৌ য়েংনিংলকই
নীংথীরবী লৈশাৎ উনিংলকই
কেনখিগনি লৈনা চোইজাইননা
খল্লুবদা থম্মোয় তনিক্লকই ॥

২৪/১২/২০১০

# শীন্থরীবসে পিরাং নত্তে মীৎলূগী

শীন্থরীবসে পিরাং নত্তে মীৎলূগী
ফোঙ্ঙমহৌদ্রবা নুংশি ঈপাউ তম্বনি
নিংঙমহৌদ্রবা থম্মোয়সিনা নফমদা ॥

লাকখীবদা খঙহৌদনা ইনাক্তা
কায়নবগী তমথীরবা মীকূপ্তো
খাঙখিবনি চৈনাদুদি থম্মোয়না ॥

থাংদোকখরে তাম্না নঙগী খোঙথাঙদি
লোম্থোক্তবা থম্মোয়সিনা খামজবা
অরেম্বনি তাবীদনা চৎখরে ॥

১০/১/২০১১

# কোরৌ ময়ুম চঙলমদাইসে

কোরৌ ময়ুম চঙলমদাইসে
য়েংউ পূক্নীং নুংওন্দরা
উনা উনা তামখ্রগনি
য়েংলমদনা চৎখ্রগনি ॥

মুশি মুশি ঙালহৌরিবা
য়াচঙবগী পুন্সি থাউমৈ
মুৎখ্রগনি য়েংনা য়েংনা
কায়নরনি পাম্মূ পাম্মূ ॥

পনখৈ নাইদ্র লম্বীসিদা
ঙাইহাক পুংগোই পল্লম্বনি
খোয়রাংলুনু অরেম্বদা
তাইবঙ লৌনম কুম্মৈদুগী ॥

১১/১/২০১১

# নুপীজা ওইরুবা মপোকসিনা

নুপীজা ওইরুবা মপোকসিনা
খাঙবদা ব্রারবা চৈনারক্তা
হংলিবা ব্রাহংনি পীরো পাউখুম
মিনুংশি খঙদ্রবা থম্মোয়দুনা ।।

খোল্লাংনা পীবুকপু থনজরিবী
তাইবঙপান খঙদ্রিবী নাব্রা কয়া
কেমহনখি পুন্সিসু শরাকতম্লা
নুপীজা মপোক্লা লাল্লবরা ।।

নুংশিগী মঙলানবু মঙজরিবী
লৈরাংগা পাংখকপী পুন্সুম্লবী
চলহনখ্রে লৈমনসু শাৎকায়দ্রিঙৈ
চনুরা ওইরুবৈ মরাল্লনে ।।

পাঙ্গলবৈ নাপলদা মথোইকানা
নোংমৈগী মরুমদা ময়াইকানা
ফংহৌরে লাইমনসু চনু মৌনা
অরোনবা অফোঙবা পিরাংলক্তা ।।

২/২/২০১১

# ফুমদুনা লৈরে থম্মোয়নুংদা

ফুমদুনা লৈরে থম্মোয়নুংদা
তম্নিংবা ইপাউ চাম চাম
চান্নবা নঙবু লাক্লোনাক্তা
তন্নগে ইপাউ নাপচীক্লা ।।

ঙাইরম্মু হায়বা ব্লাহৈদুনা
ব্লারবা থম্মোয় থেম্না থেম্না
হৌখরে 'সুম্না ঙরাং কয়া
ঙসিসু লেল্লি নঙবু ঙাইরি ।।

নুংশিবা মশক খঙজরুবা
চোৎনবা নত্তে ঐগী মোলাং
ফংনবা নত্তে কায়না মৈচাক
হিংলিবা ঐনা নঙতগীনি ।।

১০/২/২০১১

# অয়ুক্কী ঙাঙ্গানবা মঙালনা

অয়ুক্কী ঙাঙ্গানবা মঙালনা
তুমিন্না অমম্বদা লোৎখরে
পুন্সিগী নুংঙাই মঙলান মঙলিঙৈ
থম্মোয়দা চৈনা অমা পীরম্লে ।।

নাপদা নিল্লরোইদো ঙসিদি
চেক্লাগী য়াকায়রোল ঈশৈনা
থম্মোয়দা ফাওরক্লরোই হান্নগুম
লৈরাংগী পূক্লীং হুর লৈনমদো ।।

তিনখরে অমম্বদা লোয়নমক
নীংশিংবা মাগী মমি নত্তনা
লৈহৌদ্রে করিমত্তা ইনাক্তা
পিরাংনা ঈহৌরক্লে মীৎলূসে ।।

১২/২/২০১১

# ঐগী পুন্সি শৈহৌখিবা

ঐগী পুন্সি শৈহৌখিবা
নঙগী ঈশৈ লেপখিবদা
খাঙঙমদ্রবা চৈনা অমা
পীবীরম্লে থম্মোয়সিদা ॥

মীৎয়েং খূদিং পিরোইনরি
মীকূপ খূদিং ওমচাক্লরি
পোম্বী শৈরোল তাঙমদরে
তুরেল তোরৈ য়েংঙমদরে ॥

লোইবী য়েংলুই তেংথারম্মী
তময়া হানৌ জগোয় শাথেক
মৈরী মৈশা ঙম্না ওল্লে
লকানুংদি লাম্মে চাক্লে ॥

১২/১/২০১১

# মঙলান ওইরফাও খাঙ্ঙমলোইদবা

মঙলান ওইরফাও খাঙ্ঙমলোইদবা
চৈনা অসিমা খূদোল পীরম্লে
নঙগী অরোইবা পুন্সি ঈশৈনা ॥

নঙনা পামজবা ঈশৈ ময়েকসে
ইখি খোয়দানা পুন্সি চেনাদা
মৈচাক খাঙহৌরি মাসু ঐগুম্না ॥

কনা খঙদনা মচেৎ তাপ্রবা
থম্মোয় লকাদা মনিঙ তমহৌরি
কাউঙমদরবা নঙগী ঈশৈদি ॥

১৯/২/২০১১

# য়েন্নীংথা নঙনা পুবীখিবা

য়েন্নীংথা নঙনা পুবীখিবা
থম্মোয়দো ঐগী পীবীরক্লো
লেনখীগে পুন্সি ইঙাও ঙাওনা
চন্নবী থম্মোয় মকালাম্না ।।

নুংশিবা মশক খঙজখিরোই
কায়নবা মৈচাক ফাওজখিরোই
পুন্সিগী থৌদাং শোয়খীগদ্রা
মিপায়রে ঐদি নতৌদুদা ।।

খাঙঙমদ্র খৌরাং মৈচাকলক্তা
নোঙ্গৌবী চেক্লা ওইজখিরোই
মৈরীদা ঙাওবী মৈরানবীগুম
পুন্সিসে কেম্বা কিজৈ ঐদি ।।

১৯/২/২০১১

# শীষ্পুরে ঙসিদি মীৎলূগী পিরাংসে

শীষ্পুরে ঙসিদি মীৎলূগী পিরাংসে
খাম্বসু ঙন্নরোই খামগেসু খন্দরে
মায়থীবা পীররে নুংগুম্বা থম্মোয়সে ॥

থাজও নহাকসু ফাওবরা ঐগুম্না
ঙাল্লম্বা কোরৌনা তাখিবৈ চৈনাসে
খাঙলিবরা মৈচাক লৈচীলগী মরুমদা ॥

অথেঙবা অহীংগী অচীকপা তাংলৌদা
নুংশুক্ল লেপ্লিবা লোম্থোক্ত’ উপালও
ফাওবরা নখোয়সু থম্মোয়গী চৈনাসে ॥

২/৩/২০১১

# খোয়নৌ ইতা নুংশিবী

খোয়নৌ ইতা নুংশিবী
খোয়নৌ নঙবু চান্নবী
নিঙোল কাদা ফমসিলাও
নুজা ইপাউ তমগেলাও ॥

য়েন্নীং শহুম অঙাওবা
লকানুংদা চঙখ্রবোই
মনিঙ তম্না নৈরক্লে
নিঙোল পায়মা নুংওল্লে ॥

করি নোংদম তমগবা
পায়মা পূক্লীং লাঙতক্লে
নুংশিদরা ইতারোই
নিঙোল ওইবী মপোকসে ॥

৩/৩/২০১১

# নঙবু কাউবা ঙম্নবা

নঙবু কাউবা ঙম্নবা
অরেম্বদা হোৎনরুই ।
মঙলান তাইবঙ অনীদা
মনিঙ তম্লে নীংশীংবা
লকানুংদি মৈহৌরে ।।

ইঙা নোংজু ঈশৈসু
নঙগী শৈহেক ওইখরে ।
মহৌশাগী শক্তমসু
নঙগী শক্তম ওনখরে
মীকূপ খূদিং মৈৰায়রে ।।

কলম পায়না খাঙজরুই
নঙগী ৱারম ইথোকখি ।
চীংউ খাদা ৱাকৎলুই
নঙগী মিংলেন শোন্দোকখি
খোঙথাং খূদিং মৈৰায়রে ।।

১৪/৩/২০১১

# পাম্মূইদকো পাম্মূইদা

পাম্মূইদকো পাম্মূইদা
হৌখ্র' পুন্সি তাংকক্তো
খোয়রাংইদা খোয়রাংই
নীংশীংলগা নৌহৌনা ॥

অঙাং নাব্রা ওইরিঙৈ
পলেম পম্হৌ মকাদা
নাওথী শানা লেনখিবা
হল্লক্লরোই মতমদো ॥

য়েন্নীং থাগী ঈপোমদা
হরাও তয়াম ঈপাক্তা
ওইখি পুন্সি নুংঙাইবা
নুংশিবনিদা লাক্লরোই ॥

তঙাংলম্বা কুচুসু
তিংথোক্লম্বা উনশাসু
নাথৈদুনা চৎখরে
অমুক হন্না উররোই ॥

২০/৩/২০১১

# নঙনা চৎখীবা মীকুপ্তা

নঙনা চৎখীবা মীকুপ্তা
ঐগী লৈজবা পূম্বসু
লোইনা পুদুনা চৎখরে
পূমহাঙ হাঙহৌরে তাইবঙপান ॥

কোরৌ মঙালসু শামখরে
থাজই থাবলসু মেঙদরে
মাঙখ্রে পুন্সিগী নুংঙাইবা
করম লেলহৌনি অসুম্না ॥

নঙগী পুন্সিগী মরুমদা
মমল লেপখীবা মপোক্নি
ওইরে ঙসিদি অরেম্বা
ঐসু পুবীরো ননাক্তা ॥

২২/৩/২০১১

# ইনাক্তা লৈরম্লবদি নঙনা

ইনাক্তা লৈরম্লবদি নঙনা
কয়াদা ফজরমগবা থাবল
ঙসিগী মেঙনা ঈংলবা থাবল
কয়াদা পেঞ্জরমগবা থম্মোয় ।।

থাবলগী নুংওনবসে নঙনা
তম্বিখী থম্মোয়সিদা ঐগী
ফাওহনখী অচীকপদা মৈচাক
ওমচাক্লা থম্মোয়নুংদা চাকপা ।।

নফমদা তমগে ঙাইরকপা ইপাউ,
থম্মোয়গী ৱারোল থম্মোয়দা লৈরে
অরেম্বা তারে ঙসিগী থাবল
চান্নবা নঙনা লাকত্রবসিদা ।।

২৩/৩/২০১১

# থংলেন মাঞ্জও পাম্মূবা

থংলেন মাঞ্জও পাম্মূবা
নুজা পুন্সিবু নোংদম্বা
থম্মোয় খাম্বীবু মৈমুৎলো
অশাও মৈরীবু মৈমুৎলো ।।

খাম্বী মৈরীগী মৈশাদা
নুজা পুন্সিসু মৈব্রায়রে
নোংদোন লাইজনা মূৎঙমদ্রে
লিরি মালঙনা ঈংঙমদ্রে ।।

অশাও খাম্বীবু মূৎনবা
পূকথেম য়াব্রাসু হৈজদে
পাইমা থেল্লবী নুজাদি
খাঙফম খঙদরে লোয়ুন্বা ।।

২৪/৩/২০১১

# থম্মোয়নুংদা য়েকখিবা

থম্মোয়নুংদা য়েকখিবা
নঙগী চেংলৌ শক্তমসে
মৈরী থোক্লা চাক্লক্লে
মুখৎচবা ঙমদরে ।।

পামজ মচু শঙদুনা
পুন্সিগীনি লাৎচরুই
নুংঙাই মঙলান মঙলীগুঁ
করীগীনো মৈরীসে
চূরম্লিবা নখূৎনা ।।

মৈরী মৈশা কম্বনা
পুন্সি পামেল মৈৱায়রে
থম্মোয় লৈনা কেনদ্রিগুঁ
মুখৎপীরো মৈরীসে
চুখৎলম্বা নখূৎনা ।।

১৩/২/২০১১

# কোলোয় নপাউ তাখীদবদা

কোলোয় নপাউ তাখীদবদা
কোরৌ মঙাল লৈতবগুম্লে
চেংলৌ শক্তম উখিদবদা
থাজই থাবল মাঙখ্রবগুম্লে ।।

ঈয়ায় ঙানবী থরো থম্বালসে
শাংলিবনি মরম লৈবগী
নঙগী মায়কৈ য়েংল য়েংলগা
থম্মোয় নিঙাই লোন্না খাঙজরি ।।

নোংদোন লাইজ ঈরীক খীক্রবদা
শীঙেল লৈরাং লৈশাং তমগদ্রা
অরেম্বনি পুন্সি লৈরাংসে
তংখ্রবদা নুংশি লীপূননা ।।

২৮/২/২০১১

# অরীবদা ফজবা লৈ

অরীবদা ফজবা লৈ
ফজবদা অচূম্বা লৈ
মীরায়গনু অরীববু
নাথৈগনু অচূম্ববু ।।

অরীবগী কুয়োম্মুংদা
লোংলীবনি অনৌবসু
য়েন্নীং হুল্লোই খল্লুগনু
অরেম্বদা হুন্দোকখিনু ।।

অচূম্বদা নুংশিবা লৈ
পুল্লিবনি মালেমসিসু
লোইনাইদবা নুংশিবনা
কাউথোক্কনু থম্মোয়নুংদা ।।

৩০/৩/২০১১

## ৱারী অমা লীরগে

ৱারী অমা লীরগে
নাপ চীক্লা তারোকো ।
য়েলহৌঙৈগী ৱারীনি
পাইমা ৱাখল তৌরোকো ॥

ঙসিগীদি মীওইবা
তাইবঙ য়ুমদা লৈরমদে,
মালেম কোয়না চৎলম্মী ।
চরৈ ফিসু শেৎলমদে,
খাম্বী মৈসু খঙলমদে !
অদুঙৈগী ৱারীনি ॥

চরৈ শাবা হৈরক্লে
চরৈ শেত্ত মতৌসে !
খাম্বী মৈসু পুথোক্লে
হিংনা চাবা মওংসে !
চাওখৎলেবু হায়গদ্রা
খঙ্খৌ নঙবু মীওইবা ॥

৩১/৩/২০১১

## পাম্মৃজৈ ইমা পোক্লফম

পাম্মৃজৈ ইমা পোক্লফম
নঙমুক নুংশিবা, নঙমুক পাম্মৃবা,
মালেমদা অমা লৈররোই ।
থৱায়গীসু হেন্না পাম্মৃজৈ
হকচাঙদগীসু হেন্না নুংশিজৈ ॥

ঐগী হকচাঙ কয়াৎনুংদা,
শীংলি নাওরী পূম্বদা,
চেল্লীবা ঈগী ঈচেলসে
ইমা নঙগীদমক্লি ।
হুল্লিবা মিহুনসিসু নঙগীনি
কৎচরবনি পুন্সি নফমদা ॥

নঙগী শক্তম ঙাকপদা,
অৱাবা লিশিং মায়োক্লরসু,
পুন্সিগী নুংঙাইবা শকচগেনে ।
নঙবু মোমোন নোকহনবনা
খোন্নাং লমন শিংজগে
পোকপগী মহৈ য়াঙ্গগে ॥

* ওডিও কেসেট ২০০৯ সেপটেম্বর ৯
শৈশকপা ১সুং শৈবানবা ঃ- মোইরাংথেম টিকেন্দ্র

## লেপ্পাইদনা তারিবা পিরাংসে

লেপ্পাইদনা তারিবা পিরাংসে
পুন্সিসিগী লেঙদ্রবা খোঙলোয়নি
খাল্লরোই খন্নবু খামদ্রবা
মনিংতম্না শীন্থহল্লিবা ॥

য়েকলীবনি পুন্সিগী শক্তমসু
ওইহ্রিবনি মায়থোঙগী লৈতেংসু
খাঙ্ঙমদ্রবা থম্মোয়গী ৱারোলনি
খঙবীদ্রবা পূক্নীংগী ৱাকৎনি ॥

মীওইপোক্কী তাঙলবা মপোক্তা
মীনম্বনা লাঙ্গোয় চল্লবা
মীরায়বিরবা পুন্সি অসিগী
পোথাফম্নি মীকূপ খূদিংদা ॥

* ওডিও কেসেট ২০০৯ সেপটেম্বর ৯
শৈশকপী ঃ- মোইরাংথেম উরমিলা চনু
শৈবানবা ঃ- মোইরাংথেম টিকেন্দ্র

## পুন্সি তোরৈ অমদা থেংনরুবী

পুন্সি তোরৈ অমদা থেংনরুবী
মঙাও থীবী নুজা নঙগী নতৌদা
নুংশি ঈথক হৌরেনে থম্মোয়সিদা
লাক্ল-ফান ঙমদরে পূমঙাও ঙাওরে ।।

মীকূপ খূদিং নপাউ তানিংলক্লে
পূংজা খূদিং চেংলৌ উনিংলক্লে
ননাক্তদা অসুম লৈনিংলক্লে
পূমসুম সুমখ্রে ঐগী থব্রায় হকচাঙ ।।

লৈতাদ্রিবা পুন্সি খোঙচৎসিদা
নুংশি ঈখৌ লাংলে থম্মোয়সিদা
পুন্সি মরূপ ওইগে খঞ্জরুরে
নুজা পূকচেল মশক খঙদ্রিঙৈদা ।।

* ওডিও কেসেট ২০০৯ সেপটেম্বর ৯
শৈশকপা ১সুং শৈবানবা ঃ- মোইরাংথেম টিকেন্দ্র

## নুংশি নপাউ ঙাইনা ঙাইনা

নুংশি নপাউ ঙাইনা ঙাইনা
অহীংসিসু লোইশিনখরে ।
নপাউ তাবা ফংদবদা
তানিংবগী ঈখৌলাংবদি
শরূক চামা চামা হেনগৎলি ॥

থম্মোয় হুবী নফম্লাংদা
নুংশি য়াব্রা ফোঙদোক্লুবা
নোকমি নোকমি মায়থোঙদুনা
নপাউ থারক্কে হায়রম্বদাই ।
নুংশি মশক খঙদবীরা নঙবু
অসুক কুইনা ব্রাহনবদি ঐবু ॥

অহীং ঈচীক হুল্লকপদা
তাংলৌ লৈনা থেঙলকপদা
থোইনা হেন্না খোয়রাঙহল্লি ।
অহানবা উনবা মীকৃপতুদা
পাখং থম্মোয় হুরানখিবী
নুংশি ঈথক হৌহনখিবী নঙবু ॥

* ওডিও কেসেট ২০০৯ সেপটেম্বর ৯
শৈশকপা ঃ- থৌচোম সনাতোম্বা
শৈবানবা ঃ- মোইরাংথেম টিকেন্দ্র

## তাইবঙ মালেম ফম্বাক্তা

তাইবঙ মালেম ফম্বাক্তা
পুন্সি খোঙলোয় ওইরম্বী
থবায়গী থবায় ওইরম্বী
নঙগী নীংশীং চৈনাদা
শক্তি ঐনা ঈশৈসে
কায়ন সুরগী তাম্বাদা ॥

মীৎয়েং খূর তাইবঙগী
চৎনবী পনখৈ লান্দুনা
মীনোক মৈশা খাঙখিবী
পলেম পম্বৌবু তুংওইনা
ইনাক্তা মোমোন নোক্লম্বী
তাররোই নঙদি ঈশৈশে ॥

পুন্সি তাঙ্কক খুদিংদা
মৈরা মঙাল ওইরম্বী
নঙগী কায়না মৈরীদা
নোংবু ঙাল্লু য়াদ্রবা
অহীং কয়া অসিনা
সুরগী ঈপোম ওইহৌরে ॥

* ওডিও কেসেট ২০০৯ সেপটেম্বর ৯
শৈশকপা ১সুং শৈবানবা ঃ- মোইরাংথেম টিকেন্দ্র

## ঐবু নুংশিবা খঙহনখিবনি

ঐবু নুংশিবা খঙহনখিবনি
সুমহৎয়াই পুবা শক্তমদুনা ।
ওইহনখিবনি ঐবু অঙাওবী
থম্মোয়হৌবা নুংশি শৈরোলদুনা
ফাজিনবা ঙমহৌদনা থম্মোয়সে ॥

থাবলগী ইপোমদা নৈতাদরে
মঙাও থীরক্লে পূক্লীং ঈহূল ।
তৃমথবা য়াদ্রবা অহীংসিদা
নুংওনবা খোঞ্জেলদো খৌরাংলক্লে
মীসুম্বা মায়থোঙদো উনিংলক্লে ॥

পোমশাংনবী লৈরাংবু উরুরগা
মিপায়চাওবী থম্মোয়বু থেম্বীগদ্রা
খঙরুই ঙাওরবী ঐগী পূক্লীংনা ।
শংবানবী লাইজ ঈপাকসিনসু
নুংশি ঈথক হেলহল্লে থম্মোয়দা ॥

* ওডিও কেসেট ২০০৯ সেপটেম্বর ৯
শৈশকপী ঃ- পুস্পরানি
শৈবানবা ঃ- মোইরাংথেম টিকেন্দ্র

## মৈশা পুবী থাবল নঙনা

মৈশা পুবী থাবল নঙনা
ঐগী থবায় ওইরম্বীদো
মুনখিবনি ইফমদগী
নুংশি হৈত খাঙজুথক্তা ॥

য়েন্নীংথাগী ঈপোন্নক্তা
পুন্সি য়েন্নীং হুল্লকপদা
থম্মোয় লৈরাং লৈনুংসিনা
লৈকা ফন্না শাংত্রিঙৈদা
কায়না চৈথেং পীবীরম্লে ॥

কায়হৌরেদো ঐগী থম্মোয়
চংখ্রবদা মহাক্লা
হাংহৌরবা থম্মোয় লৈকোল
হুমখীদ্রবা লিরি মালঙ
খৃদোল ওইনা থম্বীরম্লে ॥

* ওডিও কেসেট ২০০৯ সেপটেম্বর ৯
শৈশকপা ঃ- মোইরাংথেম টিকেন্দ্র, থৌচোম সনাতোম্বা
শৈবানবা ঃ- মোইরাংথেম টিকেন্দ্র

## উঙমদ্রবা থৌরী অমনা

নুপী ঃ- উঙমদ্রবা থৌরী অমনা
চিংশিনখরে ঐবু ননাক্তা ।
নুপা ঃ- চীন্নাইদবা তেনজৈ অমনা
য়ুখরেনে থূম্না থম্মোয়দা ॥

নুপী ঃ- লাপথোক্লগে খল্লুই ঙমদরে
লীচীংসিগী শাফু কনবনা ।
নুপা ঃ- শত্তোক্লগে ঙমদে তিংখংসে
থম্মোয়নুংদা চৈনা ফাওবনা ॥

নুপী ঃ- থিংঙমদ্রবা নুংশি লীচীংনি
নুপা ঃ- খাঙ্ঙমদ্রবা নুংশি চৈনানি ।
নুপা+নুপী ঃ- লাংতক্লরে লৈতাহন্দরে
নোংদমখোলগী ঈখৌ লাংলক্লে ॥

১৮/১/২০১০

## নুংওল্লে থম্মোয়সে নুংওল্লে

নুপা ঃ-	নুংওল্লে থম্মোয়সে নুংওল্লে
	মহৌশা ইমাগী শক্তমদা ।
নুপী ঃ-	খোয়রাঙলে পূক্লীংসে খোয়রাঙলে
	নীংথীবী মহৌশা মীনোক্তা ।।

নুপা ঃ-	লৈনম্মা মালঙগা পূনখরে
	ঈথক্লা ঈপাক্কা শান্নরি ।
নুপী ঃ-	নোংদোনগা মালেমগা চীল্লোক্লে
	নোংলীক্কা চূমথাংগা মীৎচানৈ ।।

নুপা ঃ-	তাম্লবা চীংদোন্না লৈচীলগা
	মীৎয়েংগী পাউখোঙবু চন্নরি ।
নুপী ঃ-	লোইবীগা ঈফুৎকা পাউশানৈ
	তময়াগা হানৌগা মোমোন্নৈ ।।

২৬/৬/২০১০

## লৈনমসে য়েনবনি মালঙনা

নুপী ঃ-　লৈনমসে য়েনবনি মালঙনা
ইকায়না শাৎচবী লৈরাংগী ।
নুপা ঃ-　লৈনমদা ঙাওজবা খোইমুনা
মায়কৈসে তম্বনি লৈরাংগী ॥

নুপী ঃ-　লৈখোক্তে হেনঙমদে লৈরাংদি
লোৎচরি লৈহিসু লৈকাদা ।
নুপা ঃ-　লৈয়োন্দে হেনঙমদে খোইমুদি
মিহৌজৈ, কল্লকচৈ, লৈহিদা ॥

নুপা+নুপী ঃ-　অপাম্বা, নুংশিবা, ঈহলসে
নোংদম্বা মাগীদি খূদোলনি
লৈরাংগী খোইমুগী লীপূনসু
নোংদম্বা মাগীদি খুৎশেম্মি ॥

১১/৭/২০১০

# লৈশাত্তুদা খোয়দারুরে

নুপা ঃ- লৈশাত্তুদা খোয়দারুরে
লৈনমদুদা ঙাওজরুরে ।
নুপী ঃ- শৈরোলদুদা খোয়জঙলুরে
চীরোলদুদা পঙথরুরে ॥

নুপা ঃ- ঙাওহন্‌বীরে ঐবু নঙনা
মঙলান তাইবঙ অনীমক্তা ।
নুপী ঃ- সুমহৎপীরে ঐবু নঙনা
পুন্সি মীকৃপ খৃদিংমক্তা ॥

নুপা+নুপী ঃ- থম্মোয়নুংগী নুংশি ঈথিল
নোংদম্বগী খৃদোলনিনে ।
মঙমিন্নসি নুংশি মঙলান
মপোক লাংওন তরেৎমক্তা ॥

১৭/৪/২০১০

# চেংলৌ শক্তমসু উঙমদ

নুপা ঃ- চেংলৌ শক্তমসু উঙমদ
ঐবু করম্না লেল্লুগে ।
নুপী ঃ- কোলোয় নপাউসু তাঙমদ
ঐবু করম্না খাংঙুগে ॥

নুপা ঃ- চৎলি হায়বতা মঙায়রে
পম্থুং খঙদরে লম্বীসে ।
নুপী ঃ- হিংলি হায়বতা মঙায়রে
মহাও য়াওদরে পুম্নিসে ॥

নুপা ঃ- নীংশীং মমিসে ওইরোরা
ৱার থম্মোয়গী পোত্খাফম ।
নুপী ঃ- মীৎলৃ পিরাংসে ওইরোরা
ৱার থম্মোয়গী পোত্খাফম ॥

২৫/৯/২০১০

# য়েরি ঐগী পূংলোনসে

নুপা ঃ- য়েরি ঐগী পূংলোনসে
খঙবীনবা লৈতনা ।
নুপী ঃ- শক্লি ঐসু ঈশৈসে
তাবীনবা য়াওদনা ।
নুপা+নুপী ঃ- নঙগী নীংশীং মমিদা
থম্মোয় চৈনা খাঙনবা।।

নুপা ঃ- ইম্ফাল তুরেল পূকতল্লী
পিরাং ঈমায় চোলহৌই ।
নুপী ঃ- নম্বুল তুরেল পূকফবী
লৈরায় ঙানা খাঙহৌই ।
নুপা+নুপী ঃ- পিরোইনরবা ইতৌদা
পিদোন্নরবা ইতৌদা।।

নুপা ঃ- য়েখিগনি পূংলোনসে
থব্রায়সিনা লৈরিমখে ।
নুপী ঃ- শকখিগনি ঈশৈসে
লৈয়েংসিনা ঙল্লিবখে ।
নুপা+নুপী ঃ- পীবীরম্বা শিম্বানি
তম্বীরম্বা নোংদম্নি ।।

১৬/১০/২০১০

# চহীগী নম্বো থাঙমদ্রবী

নুপী ঃ-　চহীগী নম্বো থাঙমদ্রবী
পলেমসে য়েংউ নুংশিদরা ।
নুপা ঃ-　পুন্সিগী মমি শান্নব্রবা
পম্বৌসে য়েংউ নুংওন্দরা ॥

নুপী ঃ-　মপারী মমোম নাউয়োকপদা
অবাবা নোক্না মায়োক্নবী ।
নুপা ঃ-　পুন্সিগী লানফম থেংনবদা
অবাবা কোঙ্গায় খাঙলক্নবা ।
নুপা+নুপী ঃ-　ঐখোয়বু পোকপা পম্বৌনিনে
ঐখোয়বু পোকপী পলেমনিনে ॥

নুপী ঃ-　থোরক্নো লৌশিং চাউবীশা
মমোমগী থৌদাং পাঙলসি লাও ।
নুপা ঃ-　থোরক্নো শমু পাঙ্গলবশা
মপারী থৌদাং উৎলসি লাও ।

নুপা+নুপী ঃ-　হুমাংগী মমল লেপ্পন্নসি
খোন্নাংগী মমন শিংলন্নসি ॥

১৭/১০/২০১০

# কৌরক্তুবসু চীনবান্দুনা

নুপী ঃ- কৌরক্তুবসু চীনবান্দুনা
তারি ঙসিসু নাপসিদা
থম্মোয় হূরবা নঙগী খোঞ্জেল ।

নুপা ঃ- য়েংলক্তুবসু মীৎম্নাদুনা
উরি ঙসিসু ইমীৎসিদা
পূক্নীং হুরবী নঙগী মায়থোঙ ।।

নুপী ঃ- নাথৈহনখ্রবা ঈচেলদুগী
ঈরাওখোলনা খোম্থাং য়ৈরি
থুপ্ল থম্মোয়গী লকানুংদা ।

নুপা ঃ- তাম্নখ্রবসু ঈতিনফমদো
লোইবী চীংশাংনা পল্লোনখানা
য়ৈরি ঙসিসু ঈৱায় ইনিল ।।

নুপী ঃ- থম্মোয় অমগী পেন্ননবা
পুন্সি অমগী য়াইফনবা ।

নুপা+নুপী ঃ- কখোকখীবা নুংশি পস্কুংনি
নত্তে কায়নবা নঙগা ঐগা
অদুঙৈগী ৱারী শীংবুন
থম্মোয়নুংদা লৈহৌরিনে ।।

২১/১০/২০১০

## লীক্লা তাদ্রবা অহীংসিদা

নুপা ঃ- লীক্লা তাদ্রবা অহীংসিদা
তিংথৌ মতোন্দি করম খাঙলি ।
নুপী ঃ- লৈচীল মপৈনা পাইদ্রবদা
লোইবী চীংদোন্দি করি ওইহরি ॥

নুপা ঃ- ঈচেল কংখ্রবা তুরেলসিগী
তেংথা খোঞ্জেলদি তাবীররোই ।
নুপী ঃ- লৈরাং শাৎত্রবা লৈকোলসিদা
খোইমু শৈরোলদি তামখ্রগনি ॥

নুপা+নুপী ঃ- পিরাং কংখ্রবা পুক্সিসিবু
ৱাদে করম্না হায়রসিগে ।
নুংশি ঈচেলনা লেপখ্রবদা
মপোক অসিনা কৈদৌরুনি ॥

৩০/১০/২০১০

# ঐগী ব্রাখল মনিঙ তমখি

নুপা ঃ- ঐগী ব্রাখল মনিঙ তমখি
ইঙা নোংজু ঈশৈদুনা ।

নুপী ঃ- ঐগী থম্মোয় মকা লামখি
নোংজুলক্কী ব্রারীদুনা ॥

নুপা ঃ- নুংঙাই মঙলান মঙখি ঐনা
পামজ মচু শঙখি পুন্সি ।

নুপী ঃ- নোংথাঙগুম্না জগোয় শাখি
ইঙা নোংজু পুংখোল্লক্কা ॥

নুপা+নুপী ঃ- ঙসি লাক্লে ইঙা নোংজু
হৌখ্র ব্রারী লীবীররে ।
পূংলোন হোংখ্রে নোংদোন মাসু
ঐগী থম্মোয় কায়হনবীরে ॥

৫/১১/২০১০

## শাউনরিবসে ওইনরিবনি

নুপা ঃ- শাউনরিবসে ওইনরিবনি
নুপী ঃ- ওইনরিবসে নুংশিবগীনি ।
নুপা+নুপী ঃ- শাউনরগসু ময়াই হেল্লকপা
নুংশিনবগী মহৌশানিনে।।

নুপা ঃ- ঈহৌরবদা নুংশি ঈপোম
নুপী ঃ- কিশিনখ্রবদা থম্মোয় কিশি ।
নুপা+নুপী ঃ- থদৎপসু ঙমলোই কনানা
থম্মোয়নুংগী লীপূননি নুংশিবা ।।

নুপা ঃ- নুংশিবসে লৈরম্বদগী
নুপী ঃ- ওইরিবনিনে তাইবঙপানবসে ।
নুপা+নুপী ঃ- শান্নরিবনি নুংশি কুম্মৈ
নোংদম্বগী খূদোল ওইনা ।।

১৪/১০/২০১১

# মচু কয়াগী লৈরাংনা লৈতেংলে

নুপা ঃ-   মচু কয়াগী লৈরাংনা লৈতেংলে
যেন্নীং লৈকোলসে লৈনম্মা থল্লেনে ।

নুপী ঃ-   মঙলান মঙনরি তূম্বদি নত্তনা
অশি অচঙবু কাউথোক্লি পূক্লীংদা ।।

নুপা ঃ-   মনিঙ তম্লিবা যেন্নীংথা থৌগলদা
খূদোল পীনরি পুন্সিগী তাঙলবা ।

নুপী ঃ-   পূক্লীং পেন্নবি হরাওরি নুংঙাইরি
মথোয় কানরি হয়েংগী মমিদা ।।

নুপা+নুপী ঃ-   লাইনিং কায়খরে লাইনিংবা কনাগী
লীপূন তৎখরে কল্লবা ব্রাশক্কী
ওম্না পঙথরে যেন্নীংথা ইথিলদা
লোইখ্রে চাংয়েংদি নোংদম্বা মহাক্কী ।।

৬/১/২০১১

# লাইজ ঈচেলনা কংশ্বগা

নুপা ঃ- লাইজ ঈচেলনা কংশ্বগা
মরাল ওইরদ্রা তুরেলগী ।
নুপী ঃ- পামেল উপালনা হৌদ্রগা
লানবা তারদ্রা লোইবীনা ।
নুপা+নুপী ঃ- পাউখুম পীরমখো থম্মোয়গী
মৈরী চূদ্রিঙৈ নখূৎনা।।

নুপা ঃ- লৈরাং শাৎত্রবা লৈকোলসে
হায়যু মাতগী মরাললা ।
নুপী ঃ- ফৌবাল হৌদ্রবা লবুকসে
খুম্মু মাতগী মরাল্লা ।
নুপা+নুপী ঃ- পাউখুম পীরমখো থম্মোয়গী
মৈরী চূদ্রিঙৈ নখূৎনা ।।

নুপা ঃ- নোংদম থীরবা মপোকপু
থম্মোয় পান্দবা কৌরদ্রা ।
নুপী ঃ- নোংদম থীরবী পুন্সিবু
থম্মোয় পান্দবী কৌরদ্রা ।
নুপা+নুপী ঃ- পাউখুম পীরমখো থম্মোয়গী
মৈরী চূদ্রিঙৈ নখূৎনা ।।

১৯/১২/২০১১



# লৌনম হৈরবা নঙবু ঐনা

নুপী ঃ- লৌনম হৈরবা নঙবু ঐনা
নুংশিরুবসে ইরাল ওইরে ।
নুপা ঃ- থম্মোয় পান্দবী নঙবু ঐনা
নীংজরুবসে ইরাল ওইরে ।।

নুপী ঃ- ঐনা কপ্লিবা নঙদি উদে
ঐবু অঙাওবী ওইহনবীরে ।
নুপা ঃ- ঐনা ৱারীবা নঙদি খঙদে
নপাউ তাদরে লৈফম খঙদে ।।

নুপী ঃ- নঙগী শক্তম্বু লাৎচরুরে
খাঙবা ঙমদরে থম্মোয় মৈচাক ।
নুপা ঃ- পুন্সি মঙলানসু মঙজরুরে
খাঙবা ৱারক্লে থম্মোয় মৈচাক ।।

১৪/১/২০১১

# ইনুঙ ঙাল্লে পাউজেল্লক্লে

নুপা ঃ- ইনুঙ ঙাল্লে পাউজেল্লক্লে
পোম্বী চেক্লা নুংশিবীনা ।
নুপী ঃ- মালঙবসু খোঙদোয়রক্লে
হৈনম লৈনম পুরদুনা ।।

নুপা ঃ- নোংবু ঙাল্লু য়াদরিয়ে
ঐগী পোইরৈ ইরমদমসে ।
নুপী ঃ- ঙম্লা তূমখূন তান্নরিয়ে
থৌদাং চাউবা য়াকায়দ্রিয়ে ।।

নুপা+নুপী ঃ- অহীং মীংশেল খাঙনা খাঙনা
ইনূঙ ঙানবা ঙাইনরম্বা
পারী ইমোম পাঙ্গনবশা
অমুক তূমখূন তাল্লবরা ।।

১৭/২/২০১১

# নিঙোল মচাশা য়াহৌরো

নিঙোল মচাশা য়াহৌরো
　　পিবা মচাশা য়াকায়রো ।
নরম লমলেন্দি নুংশিবা
　　ঙাইহি নখোয়বু খৌরাংনা ॥

থ্বাত্ত পাদবী লমদমনি
　　চীংউ লাইয়াম্মা লৈঙাকপী ।
করি লৈরিবা য়েংসিলাও
　　করি লোৎলিবা থিসিলাও ॥

চীংলোন লান্নবু হুন্নকপা
　　নোংলৈ শহুমসু থিংসিলাও ।
ইপা ইপুনা থন্নম্বা
　　লনগৈ পুক্কেসে কনসিলাও ॥

২২/৩/২০১১

# কোৰৌ ৱাংনা কাখরে

কোৰৌ ৱাংনা কাখরে
    ৱাংলেন অসি থেংখরে
পিবা চনু থোরক্লো
    ইশিন শিঙ্থা পাওলসি ॥

কোৰৌ মানা ঙাল্লিঙৈ
    খুনগংহৌসি লীক্লুশিং
চোইনা চাইনা তারিবা
    লংহী লংশুং তারগা
লীক্লাং পরেং শেল্লসি ॥

হৈরাং তাবু অথনবা
    লৈরাং তাবু অচোনবা
তাবু মখুম হাংলক্লে
    হৈরাং হৈশক খঙলসি
লৈরাং লৈশক য়েংলসি ॥

২০/৩/২০১১

# চৈশু পালোয়নরিবী

চৈশু পালোয়নরিবী
কম্লাক কূরূ কারবী
ঐখোয় ইবোক নুংশিবী !
মীৎনা উবী লাইরেম্বী
খুরুমজরি ঐখোয়না ॥

অকাও পরৈ চনখ্রবা
অদুঙৈগী নুংওনবা
শিছ্বা ঈশৈ তম্বীরো !
চাকঙাই ৱারী লীবিরো
তানিংলেনে ইবোক ও ॥

পারেপ-পুরেপ য়ৌনবা
মাঙলমচৎকী লীক্লমশিং
খঙহনবীরো ঐখোয়দা !
তুংলমচৎকী লীখূনসু
তাকপীরোনে ইবোক ও ॥

১৭/১০/২০১০

# অঙাং নাব্বা ঐখোয়নি

অঙাং নাব্বা ঐখোয়নি
তুংগী যুম্বী ওইদৌবা
নখূয়াদা চঙজরি
তাইবঙ শেম্বা মপু ও ॥

থব্বান মৈরা লীশিংগুম
লৌশিং থাউমৈ থানবীরো
মহৈ লন্দি অথোইবা
পুন্সি মরূপ ওইজগে ॥

পুন্সি চীংজাও অব্বাঙবা
চীংদোন লোম্না কাজগে
পুন্সি নোংলৈ অকনবা
মায়রোঙ য়ানা লেপচগে ॥

নঙগী থৌদা পুদুনা
মালেমসিদা লাকখিবা
মীকূপ খূদিং কাউজরোই
মালেম য়াইফ শিম্থাগে ॥

৩১/৩/২০১১

# নুংশিবা তমখিসি থম্মোয়দা হান্না

নুংশিবা তমখিসি থম্মোয়দা হান্না
পোক্লফম ইমাগী শক্তমসে ঐখোয় ।
পাম্মূবা হৈখিসি পূক্লীংদা চেৎনা
নুংশিবী ইমাগী তম্পাকসে শেংনা ।।

ইমাবু নুংশিবা পোক্লবা থম্মোয়
ঙল্লোইনে নুংশিবা মীওইবা মশেল ।
ইমাগী তম্পাকসে ওনখিনি লানবুং
ফংগনি চৈনাদি মীওইবা নঙনা ।।

নুংশিবা মাঙখ্রবা থম্মোয়দুদা
পুন্নারী লীক্লম্মা কৈদৌরুনি ।
নুংশিগী লীপূনসে কিরগা চেৎনা
পলেমগী মীনোকপু য়েংলসি পূন্না ।।

১০/৯/২০১০

## লাইশংনি মফমসে

লাইশংনি মফমসে ঐখোয়গী শেংলবা
মুৎনাইদ লৌশিংগী মঙালবু পীরিবা।
লাক্লোনে লৌশিংগী মঙালসে লৌররো
ঙসিগী মহৈরোয়, হয়েংগী য়ুম্বীরেল ॥

কৌরিনে ঐখোয়বু, ওক্লিনে তরাম্না
মহৈগী লাইরেম্বী ইমাগী তম্পাক্তা ।
লৈতেনে খেন্নবা লাইনিংগী লাইশোলগী
পূম্নমক মচানি, নাউকোল্লি পলেম্না ॥

য়ৌরকখি ঙম্নমক ইমাগী তম্পাক্তা,
চৎনখি অঙানবা পুন্সিগী লম্বীদা ।
মুৎনাইদ লৌশিংগী মৈরাবু পুদুনা
থারমখি ফিদাসু মালেমদা পোকচবৈ ॥

৩/৪/২০১১.



## "অইবীগী মরমদা"



আরকে সনাহনবী (লীকখোম্বী) চনু ১।২।১৯৬২ দা লুৱাংশংবম মখা লৈকায়দা পোকখি। অশোককুমারগী মিংনা লৈখিদ্রবা আরকে চীংলেনসনা কৌই, অশোককুমারীগী মিংনা মংশাতাবম নিঙোল নিংথেমচাময়ুম ওংবী শিক্ষক শিজ কৌই। সাইন্স গ্রেজুয়েটনি। মীতৈ ময়েক্কী ইনস্ট্রক্তর কম লীডরশিপ ট্রেনিং কোর্সসু পাস তৌখ্রে। হৌজিক গভর্নমেন্ট এডেড হায়স্কুল অমদা সাইন্স গ্রেজুয়েট টিচর ওইরি। মহাক ঈশৈ ময়েক ইবা, লাইরিক ইবা, ঈশৈ তাবা, লৈকোল শেম্বা পামজৈ। ৱারেং, শৈরেং, ৱারীমচা ইদুনা চেফোং ১দি পাউচেশিংদা হাপখ্রে।

হৌজিক মীয়ামগী অশুনবা খোঙ্জেল লুপ (ইমাখোল) অৱাং পোৎশংবম, লৈমরোল খোঙ্জেলকোল (লৈকোল), ইম্ফাল, পেট্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী লাইফ মেম্বর ওইরি। ইপাক ফিল্ম প্রডক্সনগী মেম্বরনি। থাগী চেফোং 'ইপাক' কী সব ইডিটর, ইমাখোলগী ট্রেজরর, পেট্রিওটিক রাইটর্স ফোরমগী এসিষ্টেন্ট জেনরেল সেক্রেটরি ওইনা থৌগাৎরি।

মশানা শান্নিসর ওইদুনা "লাংওন লাংতাই" কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা বেঙ্গলী অমসুং মীতৈ ময়েক অনীমক্তা ১৯৯২ গী ওক্তোবর ১১দা পুথোকখ্রে। মশানা শৈরেংবা তোনাঙ্গীবা অমসুং মণিপুরী মতম ঈশৈ ৭কী ওডিও সিডি কেসেট অমা তোঙান তোঙানবা [illegible] খোঞ্জেলদা ২০০৯ সেপ্তেম্বর ৯দা পুথোকখ্রে।

মশানা হৌজিক "মীজোল হোংলসি ইমা" হায়বা মিংথোনবা শৈরেং লাইরিক অমা ২০১০ জানুৱারী ২৭ তা থোকখ্রে। "শৈহেক্কী-হিদেন্দা" মিংথোনবা ঈশৈ শৈরেং লাইরিক অমা অমসুং "ঈশৈগী তাইবঙদা" মীংথোনবা পুন্সি ৱারীগী লাইরিক অমা মহাক্কী অনীসুবা অমসুং অহুমশুবা মুতোন ওইনা মীয়ামদা খুৎশিন্নরি।

-ইমাখোল-